


Eche
Taramdaigee Snarup
( two radio plays )
by Dr Moirangthem Priyobrata

Price Rs 50/-



অহানবা ফোঙবা জুন ২০০০
অফোঙবা কবিতা কৃষ্ণকুমারীনা
লমজিঙ পব্লিকেসন
ইম্ফালগীদমক
কপী মশীং ১০০০



মমল লুপা ৫০/-

কৃএতিভ প্রিন্টরস, ইম্ফাল-৭৯৫০০১ না নম্বা

হিংবগী লাম্হেংদা
মায়থীগ্রবী
পৃথিবীগী নুপীশিংদা

## পূক্নীংবা অম'নীদং

পূক্নীং থৌগৎপিদবা, খূদোল তমজখিবা লাইরিক ফাওবা পাবিদবা কয়া লৈদুনসু ইজনিংবা অসিমদি নীংহন্নবা লৈজদে। সমাজ পুন্সিগী, লৈত লায়র ইমূং মনূংগী খল্লু খল্লুরগা পূক্নীং নুংশিনা ইজখিবা ময়েকশিংসি তশেংনমক নুংশিজে। অদুমকপু খূৎইগী মপুন্সিদি তম্বা ঙমদে। মীয়াম য়ৌহন্নীংবা, মীয়াম্না পাবিগনি খঙবা অসিমসু অইবা খূদিংমক্কী ঈখৌলাংবনি। মীওইনা পোক্কুরবনিনা পুন্সিগী পান্দম অমমমদি থম্নফম থোকই। ঐগীদি লেপ্লে ঃ ইবা হায়বসি ঐগী ধর্ম্ম নি। মসি হেক লেপ্পা মীকুপ্পা পুন্সিসি হেক্তা লেপকে তৌরকই।

ড্রামা অনীসি লাইরিক অমত্তগী মচল ওইবা সিমদি ইশাগী মতনি। পালগী মুক্লবা কয়াগী য়্রাংমদা খ্বায়দগী নক্লনা হিংমিন্নরিবা মীওইবগী লোইবা নাইদ্রবা মরী অমনা ড্রামা অনীসিবু পুনসিনখি। সমাজগী শোয়জনা শোয়বা কয়াগী মরুমদা তাংজফম য়াৎলবা পুন্সি কয়ানা তাইনফম খঙদনা, য়ারৌননা, শাপ চৈননা হিংলি। মখোয়গী নাহেখোলসি য়াম্না পিকই। শোম্বাংনৈ। চাউনা শোয়বশিংদুগী নাকোং খক য়ৌদে। মরম অসিমক্তনা কলম পায়খৎচখি। খোঞেল কয়াদুগী খোঙ্গূল লীজখি। অদুগা ফোঙদোকচরি খোম্বাং ওইনা।

ফোঙবনা ধর্ম্ম ওইজবা *লমজিঙ পব্লিকেসন্স*কী সনসম ভোরোত না ড্রামা তরুক ফোঙবীখ্রে। ঙসি অমুক ইশাগী থম্মোয় অমসুং মীৎকী পিগা খরা হেন্না নকশিন্নবা ড্রামা অনীসি ফোঙদোকপগী অৱাবা শরুক লৌবিরি। সাহিত্য সেবা অসিগীদমক সনসম ভোরোত কী মফমদা মঙ্গল আর্শিবাদ পীজরি। পূক্নীং থৌগৎপিখিবা ঐগী ইয়াম্বা শ্রী মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ, ঐগী মরূপ শরতচান্দ থিয়াম, ইবোসনা য়াম্বেম, নিংথৌ নাওরিয়া, লাইমুজম কহ্লায় পুম্নমকপুসু থাগৎচরি।

হৌজিক্তি, অপাবশিংগী মফমদা নোম্লুক্না খুরুমজরি।

- *প্রিয়োবর্ত্ত*

# ৱাহৈ খরদং

ঙসিগী যুগ অসিদা ঐখোয়না অইবশিংগী মফমদা আশা অমা থম্নী। মখোয়দি সমাজ অমগী মঙলান্নি। মখোয়গী হেন্না খন্থবা ঙন্নবা শক্তিদা লূপথরক্লবা মানব সভ্যতা অসিনা মপুক্সিগীদমক মীৎয়েং থম্লি। মীওইববু নুংশিবা ঙম্বা মখোয়দি মসিতগী কপ্পী, খপ্লি, ফোংদোকই অমসুং তাকই। মখোয়গী মঙ্গলগী মশক ওইরবা পাউজেলনা মীওইবগী মাঙথ্রবা মচন কয়া হৃঞ্জিল্লক্লবা লাক্লে। অরুবা সমস্যা কয়াগী লংলা লংজিন পুথোক্লবা খঙ্লে। লম্বী কয়া চুম্না উৎনবা হোৎনৈ।

ঈশামক্কীসু ৱাখল ফুম্বংনবা মতম অমা লৈরম্মী। মতমদুগী কান্নবা হায়ববু রেডিও ড্রামা কয়া লেপ্তুনা তাখি। ড্রামা খরদি চান্ননা ৱাখলগী অমম্বা কয়া কোকহনবা ঙমখি। ঐগী থম্মোয়দা আশা পীবীখিবা ড্রামা খরদি ডা মোইরাংথেম প্রিয়োবর্ত্তগী মযেক্লি। ঐনা হৌজিক চথজরিবা লাইরিক ফোঙবগী থৌদাং অসিমকসু মদুদগী ফংলকপা ইথিল অমনি। ঙসিগী মীওইবদা পূক্নীংগী মঙাল চাউনা পীবিবা সাহিত্যগী মচন কয়া কয়াদি নারক্কী লৈবাং তাদুনা চন্নফম খঙদনা সমাজসিগী কাচিন কোয়া কয়াদা লৈরি। পূম্নমকসি ফোঙদোক্লীংবগী ঙাইঙমদবা অমা ফাওবকখি। অইবা কয়া উন্নরুবা মতমদা ঐগী অনীংবদু পূক্লীং থৌগৎপিরকখি।

শ্রী মোইরাংথেম বাজেন্দ্র সিংহনা মণিপুরীদা হন্দোকপা থোমাস হার্ডিগী উপন্যাস অমা, ডা মোইরাংথেম প্রিয়োবর্ত্তগী ড্রামা তরুক অমসুং শ্রী নোংয়াই তখেল্লম্বগী রেদিও ড্রামা অমা ফোঙদোকখ্রবা তুংদা ঙসি অমুক ডা প্রিয়োবর্ত্তগী রেডিও ড্রামা *ইচে* অমসুং *তারমদাইগী স্বরূপ* অনীগী অপূনবা লাইরিকসি পুথোকচরি। মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবীবা লাই গুরু, মরুপ মপাং পূম্নমক্না লাইরিক অসিবু তরাম্না ওকপিগনি হায়না আশা তৌজরি।

লৈবাক মীয়ামবু খুরুমজরি।

—ভোরোত

জয়ন্ত (*ঘুটের থৌরকলগা খাম্মী*) ইচে, করিনেরে শুরিবুনো?

মচে (*মথক্তা*) হাইমা, ঐখোয় ইবুংঙো ন্যাকইনা ([illegible]) যন্ত্রম্মো ইচে লোইরে লাক্লগে। ইপ্পা লাকপা করেদা।

জয়ন্ত ইবায়না কদায় চথোকখ্রবা?

মচে শোরাং ম্নাওখিয়ে। ইনাক্তা লাক্কে হায়রগা মোরা লৈবনি।

জয়ন্ত হোয়, লাক্কে ইচে।(*চঙশিনখি*) করিনো অমুক থারিদুনা?

মচে কোবী মশোই খরা শুম থাজিনবনিদা। ফম্মুনে।

জয়ন্ত হান্নবু করি ওইনা থারম্বনো?

মচে তিলহৌ থারম্বনি। মতম খজিক্তং বাংলি, অদুবু ঙসিদি লোইনা ফোইদোক্কে। ইচে কৈথেলসু ঙাইহাক চৎকে খল্লম্মীবনি। নবায়দুনা কয়াম থেঙলকতোইনো খঙব্রে। ইমানা কমদৌরিবা?

জয়ন্ত ইমাদি য়াম্না কল্লিদা। ইচেগী হকচাংবু কমদৌরিগে ?

মচে ডাক্তরনদি মতম খরা শাংনা হিদাক চাগদবনি হায়রীমাল্লে। হৌজিকপুদি কৈগু তৌদ্রেদা।

জয়ন্ত শুবদুবু হেনমল্লে, খরা পোখাবিয়ুনে ইচে।

মচে নঙবু তোলোপ ফংঙব্রা ?

জয়ন্ত ইচেনা তলবতা হংই, কৈদৌনগে হায়রীনো ?

মচে নঙোন্দতা সুম হংবনিদা। তোলোপ চাবা মীবুদি য়াম্মী, ইচেনা অতৈদদি হংলিরোইদা জয়ন্ত।

জয়ন্ত অদুবু কৈদৌনবনো হায়বা ?

মচে কৈদৌনরুনি, ইচেগীদি সনা শানবদি ওইরল্লোইদনা!

জয়ন্ত ঐ জ্ঞ্যান অংলেদা ইচে।

মচে করিদা তাপ্রিবা জ্ঞ্যানদো? ইচেনা শুক য়াম্না বাৎসিবু নঙবু অশেংনা থওনয়া, নংত্রগা থওশিন্নব্রিয়া ?

জয়ন্ত অদব নঙনে পৈশা কোয়দে। সে, লূপা কুনসিনা করিনো ইচেনা চনীংবা অমা লৈরগা চাও সে।

মচে অদুনি শীরমগনু ইবুংঙো।

জয়ন্ত লৌশিনবিবু কৈদৌনে ইচে।

মচে নঙগী কোয়দে হায়দু শিঙৌনে। সিনা ইচিন ইথা যুইনা অমুক উৎনদনবা মরম ওইনি। ঋদৌবগী হায়বা নত্তে। ঐ নঙোন্দগী লূপা লীশিং অমত্তং হংগে থদনবনি। নন্দনা লাইরিক তম্বসে থা থাগী পৈশা য়াম্না চঙইনে। ইচে ৱায়নে, ইচেবু ৱাহনগনুনে জয়ন্ত! নঙ তোয়না লাকউ, ইচেবু খরা তেঙবাংঙুনে।

জয়ন্ত অদব চারিনি হায়না তৌরিসি ঐসু মীমায়বা ওমদ্রিবনিদা ইচে।

মচে অহেনবতা তানবা মতম অমা লাকখিনি। হৌজিক্তি থাংজা-পুজা হিংমিন্নবা মতমনি। অমনা অমগী মতেঙ য়াওনদনা হিংবা ওস্বা মতম নত্তে। ঐদি নঙোন্দা নত্তনা কনাদা হংগনি। ইচেনা ওস্বা কান্দসু হেক শীরক্কে। ঐনা হায়রিসে নঙ লায়না খনগনুকো জয়ন্ত। *(ওাইহাক তুমিন লৈ)* করিনো তুমীন লৈরীসিবো?

জয়ন্ত লূপা লীশিং অমা হায়দুদি ঐ ওম্মোইদা ইচে।

মচে করিগী ওল্লোইদৌরীবনো?

জয়ন্ত কোয়দেয়ে ইচে, কবিসু কোয়দেয়ে।

মচে করিদা কোয়দ্রিবা?

জয়ন্ত ইমুং মনুংগী খরচনে, লোটরী খরা য়াওবনে -

মচে কৈদৌবে লোটবী য়াওরিবা? নশা নথক্তগীতা খনগনুনে। ময়াম অমা কোইচাই চাইদুনা লৈরীবশে খোমজিন তাশিন্দবা য়ারোইনে।

জয়ন্ত মদুদনি ঐনা জ্ঞ্যান মম্মীসে। ইচেসু ৱাহন্নীংদে, উপাইসু লৈতে।

মচে (কল্লগা) নঙগী থবায়নবা য়াদো ইশম শন্না ইচেদা পুকচেল তিংনা তেক্তবাংবা ওমদবগী অবাবপুদি; তেক্তবাংদিংওই নৈতবগী অবাবপুদি নত্তেদনা ?

জয়ন্ত ঐখোয় ইচেসি ওস্লোক্লা শাউগনপ্রে।

মচে ঐ শাউদেনে। নঙনদি ইচে পোখাও, য়াদা শুরুনু হায়রীবা। ইখোলসি য়েংঙু, ওসি অমুক্তগী পোখাবা নৈতনা শুরক্লিবনি। মোরোক কৈদোমসে য়োৎনা য়াল্লগতা থারিবনি। সিগী কৈদোমসিনা কোলি হবাইনি। কৈথেল চৎনবা মরোয় তিলহৌ অমুক মপূন পুল্লুরে। ইচে ওসিগী চাক চাবা শংবা নত্তেনে।

জয়ন্ত পঙশুদা শুবনসু কোল্লকপা য়ারোইদ্রে ইচে।

মচে শুদবা য়াদবগী শুবিবনিনে। চাবীবদি নোংমদা য়ামগ্রবদা লুপা কুন কুম্লাদি খবচ তোই। নন্দনা এম এ তঙ্গিবসিনা থা থাগী লুপা লীশিং অমমমদি থাদবা য়াদে। ইচেনা নোংমগী মঙা-তরাদং কংনবা হোৎনবা, নবায়না মবক মবক্তা ঈশৈ চৎপসিনদি ইমুংগী ওাচেং-থুমচেং কাওবা মেল্লবা ওমদে। শুবশিসিনসু কোল্লবা ওমদে খঙই, অদুবু কবিদি তৌনি; লল্পী নৈত্তেনে।

মবায় (হল্লক্লা) কদায় ? কদায়-কদায়দা চখোকপ্রবা ? ঐ হল্লকএনে। পোৎ-চৈসি অমুক্তা লোইশিল্লু।

মচে নবায়সু হল্লকএ। ঐসু কৈথেল ওাইহাক য়ৌগে। ঐনা হায়রীসে নঙ থবা খল্লকউকো।

মবায় কনানো, জয়ন্তরা?

জয়ন্ত মানি ইবায়। ওসিদি লুপা কয়া তারকপ্পা?

মবায় ইমায়পেম্মা য়ামগ্রেনা ইবো। লুপা চহম শুদৌবা মবিক্লুখক্তনি ব্রাংলিবা।

জয়ন্ত এ! অদুদি লুপা চনী কুন হায়বনা কংগ্রে ইবায়?

মবায় হেয়া ইবো, নচেগী থবায় খয়া নুংঙাইদবা লোৗন্থে খয়া দয়কায়

লৈ। *(নোকখিত্রে)* লাওনে লাওনে, কা য়াওরকপনি, ইমাগীসু খরা পুখো। ফজু পুখোরকউদনা।

জয়ন্ত ঐগীদি মোয়াসিনা হেল্লা করে ইবায়।

মবায় নওগী হ্ ন্দক লৈরই হায়বা গাড়ীদুদি সিরা?

জয়ন্ত মানি ইবায়।

মচে কৈকৈনবা লৈরুরিনোনে? একাগাড়ীনা মতম খরা অদুম চৎপা য়াবদুবু। পওথাপ থায়সু নত্তে।

মবায় এ! লৈদবা য়াব্রনে? পৈশা য়াৎলগা ইব়াই লৈরী ইশেলসিদি করিমত্তা বারুনু। লাক্কত্র চিনবগী বানি; লীশিংগী বাসিদি করিমত্ত খল্লুনু।

মচে থওইনা তারুনু ইবুংঙো। নবায়সে কৈবুই-কৈওইবা ওনবা কুইয়বনি। কা-সিদা লৈরেসে।

মবায় নচে শমথ্রেনবীসিনা ওইবা য়ারোই ইবো। মাথা অসে শুংচাউ চাউথোক্তে। ওইনি খওদে ওইরোই খওদে নঙোন্দা পৈশা পীয়ু হায়ররীনিনে। নচেগী মনাক নকউনু; লম্বীদা গাড়ী থৌরি হায়বা কাউজনি ইশেন।

জয়ন্ত ভালো ভালো, ঐখোয় ইবায়সি নুঙাইরীদা সত্য।

মচে নবায়গীদি ভালোবু হায়রুরবদি চোলোমসু অমুক লৈরকঅনি। কদায়দা হায়রুরিবা ভালোনোনে?

মবায় খোল খীতং কন্না হাইগৎপা নুংঙাইতবগী বানি, চোলোমদদি নবায়দি নোংলৈ নুংশিংতগী হেল্লা শাথিজাৎনি কৈনো।

মচে নহান্দি মন্দির ময়াইদা উপ্না তাই হায়নেকো।

মবায় কুইনা তাদুনা লৈবা য়াবা খোঙফম নত্তেদা। শৎ হৌগৎলগা পোজ অমুক লৌরিবনি কৈনো?

জয়ন্ত অদুবু করম হায়না শোয়রুরিবনো ইবায়?

মবায় খোয়বা নত্তে লানথিবনিদা। ঙাইহাক্তুদা ভরম হেক ওইরুবা।

মচে মীনা ঔনে হায়দনা হেক খংলুবা, হৈদি হৈত্তবা। শিকম-নাকম খঙবা থবক নত্তে। মতুংদকা য়াওবীরনু।

মবায় অং। অদুম হায়না তোয়না হায়রকঅদি চৈ চাবা শোয়দে নঙ।

মচে ও চাক চানিঙাই চেঙসু লৈশিল্লক্তে। চাবা য়াববু ওইরদি চৈদুম খরা চাবা তম্মসি। কান্নদেসে, ঝারেম শুরিঙৈদা নুমিৎ তাশিল্লক্লে। ঐ কৈথেল ঙাইহাক য়ৌরুখিগে। অঙাংগী শেলকমদুনা হোরেল খন্নরসি।

মবায় নঙবু হেনমল্লে খরসু পোখাও হায়বনি। কৈথেলদগী হোবে হোবে হল্লক্লগা চাক অমুক থোংনি। অদুনা চাবা চাদবা অহিং-নোংশোইবা অমুক তুরেলদা ঈল চিংগনি। নশাদুবু ইনখংপা ওল্লরোইনে নঙবো।

মচে *(জয়ন্তদা)* ইবুংঙো সে মরোই মপাং খরসি গাড়ীদা হাপচিল্লো।

জয়ন্ত ঐখোয়গীসু হৌরিদা ইচে।

মচে নঙগী হৌদে হায়বা নত্তে, সিনা ইচেনা পীবনিদনা।

জয়ন্ত অদুদি ঐখোয়দৈসু অমুক সিদা থিল্লক তারে ?

মচে থিল্লকউ কৈনো পীজনীংলগা। পূন্না চামীন্নবদা অদুক লুনা খল্লুরিদুবু করিগীনোনে? নবায়গা ঙাইহাক ঝারী শাহৌখিদ্রা?

জয়ন্ত ঐসু থেঙঙে ইমানা নুংশা থিরম্মনি, শুম থোকমীন্নরসি ইচে। ইবায়, ঐ অমুক য়ৌজখ্রগে।

মবায় য়ৌরো য়ৌরো,ঐসু নোংমা নীনি লৈরগা চথোরক্কে।

মচে *(ঙাইহাক লৈরগা)* অদুদি। থৌগ্রোনে।

জয়ন্ত থোঙ্গাল ফাওবা শুম থোকমীন্নরসি। পোৎতুসু য়ানি, ঐ কৈথেল ফাওবা থিল্লমগে ইচে।

মচে ইচেদি ইকায়জেদা ইবুংঙো। মৌখ্বানা তোলোপ চারগা মচেনা মনা মশিং য়োল্লি হায়দুনা মীনা নোক্কনি।

জয়ন্ত ৰুরে অদুদি। ইচে, ঐ অমুক চৎলে।*(কুটর থৌখি)*

মমা কনা লৈরে, ইবেম্মা। ঐখোয় ইবেম্মাবু লৈরো?

মবায় ইমারো ?

মমা নঙদি থবক ইনখাংকা অমত্ত চথোক্লববা?

মবায় ফকসিদা লেঙশিনবিয়ু ইমা। ঙসিদি ঐ থোইদোকপা থবক লৈত্রবা। নচানুপীদি খুল্লং হংঙুনি হায়দুনা শুম থোকখিবনি। হল্লকঅনি ইমা।

মমা সে সে শঙ্গোম খরা পুবিবকপনি। মাবু মশা খরা কল্লব্রনে?

মবায হন্দক্তি খরা নুংঙাইরে হায়। অস! শঙ্গোমসিদি য়াম্না পুবিরকএদা।

মমা মাদি শঙ্গোম য়াম্না চাবসি ফৈ হাযবনিনে। ঐনা তোয়না লাকপসু ঙমদবা। নখোয়গী খনবদা ইমাদি পুক্লীং লৈতাবা ঙমদেনে। ইশুনুপাগী লাইহিক্না মতম কয়াম ব্লাংলিবা?

মবায চহী অমগা থা অহুমলোম লৈরী ইমা। মাগীসিদা তেক্ত-কায়দনা লোইশিঞ্জবা ঙল্লবদি ঐখোয়সু খরদি শাফরগনি। ঈশ্বরনা করি তশ্নীবমগদবনো খঙদ্রে ইমা।

মমা থোকঅবা অমা লাকঅনি, ব্লারবসু ব্লানা হোৎনদবা য়াদবনি ইচাশা। অনা-অয়েক য়াওদ্রগা লোইরে।

মবায এ! মাসু হল্লকএ ইমা। ঐগী য়ুমসিদি করিমত্তসু লৈতে, করিনা সেবা তৌনি?

মমা শঙ্গোমদুম খরা লোল্লকউ, পুন্না থকশি।

মবায় ফনি ইমা অদুদি ঐ শেমজরক্কে *(চঙশি)*।

মচে *(য়ৌরক্লুনা)* ইমা কয়াম কুইরে?

মমা কুইদ্রিদা। নঙ হন্দক্তী নশাদু খরা নুংঙাইরেদনা ?

মচে অহীং নুংথিল পোখাবা ফংদবাসিনিনে ইমা। অঙাংগী পৈশা

থারকই অমুক হায়রে। অমুত্তগী কোয়চেল অমুক চেন্নরিবনি। মীগী শেন্দোয়নসু থাং কোয়রে। থোকচকপদি [illegible] ঐ বায়া বায়নে ইমা।

মমা অমুক তুমিন্না কময়থরকউসে। ইমা বা হায়গে।

মচে করিনো ইমা, পৈশারো?

মমা নৌথ্বা নুপাগীনে। মাদি অফিস চৎখি। মঙোন্দা লোটরি ফাওরকই হায়নে; মাগী মমান্নবা কুঞ্জোনা থিল্লকলম্মী। লুপা লিশিং কুন ওইরমালেনে। সে সে লুপা লীশিং অনীর্সি শিজিন্নরো।

মচে নুংঙাইরেদা ইমা, ঐ হকচাং পুংফ ফরনি। ঐনসু নহানবুদি মঙোন্দা হায়বনি। মাসু পীদি পীনিংবা। হন্দক্কী থাগী তোলোপতি কোন্নদ্রে হায়দুনা নুংঙাইতনা হনখিবনি। ঐগী ইপ্পানুপাসিনা ঐবু খরা য়েংশিনবীরদি ঐ করিসু ৱারোইদা ইমা।

মমা য়েংশিন্দবা য়াব্রনে? ঐনসু তোয়না হায়রীবনি। অঙাংশিং অসিনা ফগৎলকঅগা মাসু হয়েংৱাই মতেং ওইনগদৌরিবনি।

মবায় *(থোরক্লুনা)* শঙ্গোম থকসি ইমা। শঙ্গোমসিসু ইমানা পুরকপনি, ওঙ্খোক্লা য়ামপ্রপোৎনি।

মচে ইমা নঙ শোনখিনু, খরা তোয়না লাকউনে। ঐসে ৱাখল হেক নুংঙাইতবগা হকচাংসে হায়নিংঙাই লৈতনা হেক্ত শোত্থবা। মহয় চাবা চাদবা অঙাংসিগী মহে তম্বসিদং লোইশিল্লদিকো খনবনি। অতৈদি ঐ থোইনবু খদ্রেদা ।

মমা শঙ্গোমদু থকউনে। নঙবু অহীং হেক হেক তুরেলদা ঈল চিংই হায়। তুমদবসে হকচাং য়াম্না শোকপনিকো ইবেম্মা।

মচে ঙসি অহীংদি থোক্লরোই; ঐ নুংঙাইনা তুন্ননি ইমা।

মমা অদুদি ইমাসু অমুক য়ৌপ্রগে। নৌথ্বাসু হল্লকঅম্বা য়ারে। মৌদুনা ৱাসু ঙাংদে লাংসু ঙাংদে, পংনোক্ত নোকই। অঙাং ওইবগী হৌনবা তাক্লিমখে করিমত্ত তৌদে, তাক্লগনা হরাও হরাও পংসুদ

মগুবা। ইমাসু মুমদু থাদোকপা য়াব্রিনে।

মবায় করে অদুদি ইমা, নুমিৎ লৈরিঙেদা য়ুম য়ৌহৌবা নুংঙাইহনি। ঐসু অসি ফাওবদং লেপচগে।

মচে ইমা নঙ খরা তোয়না লাকউকো।

মমা. করিমত্ত খল্লুনুদা ইচাশিদি। মীবু অদুম ব্রাদুনা লৈবা হৌনদে। ইমা অমুক য়ৌরেকো। *(ঙাইহাক শরক শি)* ইখোলসিনা করি করি থারিবা?

মবায় করিনো খঙদে, ঙাইহাক্ত পোথাদে পঙথাদ থাই। হন্দক্তী অলু চাং তরামুক য়োল্লী। কোবী-হজাম, মরোয়-মপাংদি নুমিৎ খুদিংগী কৈথেলন্দা হেক হেক য়োল্লি। কারোৎ অখাবীদুসু পৈশা য়াম্না ফংইনে ইমা।

মমা লৈহৌরো লৈহৌরো। নঙসু করিনো অবাৎ-অপাদু ইং-তল্লা অদুম খল্লৌ,খৎননুকো।

মবায় অদুদি ইমা ঐ সুম-

মমা লৈহৌরো লৈহৌরো। *(ঙাইহাক শরক শি)*

মচে *(মথন্ত)* অদুদি লুপা লীশিং অনী চনীপাল। মীঙোন্দগী লাকউবা শেলফমসিমদি পীথোক্লুবনা চুমগদ্রা? মীঙোন্দগী ঙাক্ত, সি ঐগীদি অমত্তসু য়াওদবনিনে।

মবায় করিনোনে তৌরিবদুবো, শেল ময়াম মাঙদা চাইথোক্লগা খুল্লোকপী শান্নরীব্রো? কনাদগীনো নঙনা চৎলুবনা কমদৌরবা?

মচে ইচে পিশকতগী লুপা চনীপালথক ফংই। তাং তরামগা খুদিংগী লোটরিগী শেন্দোয় পীব্লু হায়রকই। মসিমা থিন্দোকউরসিরা?

মবায় লীশিং অমা ফাদ্রবদি অঙাংগী থাবদু কোন্নজবা ঙল্লোইনে। হৌখিবা থাগীসু মমান্নবদগী খরা শোকচিল্লী হায়বনি।

মচে হৌজিক্কীবুদি ইমানা লীশিং অনী পীরল্লে।

মবায় এহ্! অদুদি কমদৌবা শেলফমনো?

মচে জয়ন্তগী লোয়রী ফাওরকই হায়রব্র কেনো, সিগীবুদি ইমানা মায়বা মরায় ঙাঙনজরনি। সি লৈরগদি ইচে পিশক্নীসি পীথোকউরসিরা?

মবায় নুমিৎসু তারকদৌরে, ইমুংদা পোদোন অমত্তং থাঙ্গৎলগা খররসিদনা। নঙবু ঙসি কৈথেল চৎলরোইদবা নৎত্রো?

মচে চৎত্রেদনা করিমত্তসু থৌরাং তৌহৌবা নংদ্রে। অদু ইচে পিশক্নীসে ঙাল্লিঙেদা অমুক্ত থিন্দোকপীরুরো। মৈকাদু ঐ চুখৎলম্নগে। অতিয়াসিসু ইমম মমশিল্লকই। নোং চুদৌবীব্রা কৈনো।

মবায় অদু ওইরগা পীরকওনে, ঐ থিন্দোল্লুরগে।

মচে সিদা লৈরেসে।

মবায় দুকান্দগী ঙারী ঙাতাই করি লৈরক্কদবা লৈবা?

মচে শেলবু লৈরীব্রনে?

মবায় লৈত্রগা শোংলকএদনা।

মচে হান্নগীসু শিংকৎত্রিঙেদা অমুক শোংকে হায়বদু মীনা হরাওবা হৌনদেদা। আলুগা কৈনো মেৎলগা চারসি। ইমানসু শঙ্গোম খরা থিল্লকঅস্মীদনা।

মবায় য়ারে য়ারে, অদুদি ঐসি অমুক্ত থিন্দোকউখিখে। হায়গুমদনা নোংসি চুদৌবিব্রা কৈনোমা তৌবীহে। *(থোকখি)*

মচে *(মথন্ত)* পোদোন্দুনা কদায়দনোনে। অস! সিসু থাও অমত্ত য়াওদ্রেদনা। ওহোক্লা তোল্লিদকো ঐ। য়েংখি য়েংখিবদা লৈতবগী লৈতবমক্তা। ঈশিংসি হান্না শোকচিলহৌবনা ফরনি। *(থোংজিন্দা খুদি থিজিল্লী)* অস! কবিনোনে তৌবিবা মতৌসিবো। কদায়দ অমুক থিরীবা খুদিনোনে। অস! *(খুর শাংনা হোল্লী)*

জয়ন্ত *(স্কুটর থৌবক্লগা থাম্মী)* ইচে, ইচে লৈত্রো?

ম.চ কনানোনে? জয়ন্ত!

জয়ন্ত করিনোনে থোঙজিন্দ ফম্মীদ্রবো?

মচে খুদি থিজিন্নিনিনে। কৈদৌরা য়াওরবগে নঙনা ইফিং ফিংনা লাকইসুবো ?

জয়ন্ত ইমানা লুপা লীশিং অনী পীরম্রো ?

মচে হোয়রনে অদু কৈদৌরগে ? মোরাসিদা ফম্মুনে।

জয়ন্ত অদু কায়থোকপা য়াবা শেনফম নত্তেয়ে ইচে।

মচে অদুবু অমুক্ত ফমথখো হায়বা।

জয়ন্ত ঐ ফম্মরোইদা, থবক অমসু চংকদবনি।

মচে করিগীনো অদুক য়াম্না ঙাইঙমদ্রিবদুবো? অমুক্ত চনিং তানা ফমখোনে নঙবো।

জয়ন্ত শেলদু হান্না অমুক্তা পীরকখোও।

মচে ইংনা-তপ্পা ব্বারী শাখিসি কৈদৌরগে জয়ন্ত ।

জয়ন্ত ব্বারীকা কোন্না শারসি, শেলদু পীরকউনে ইচে।

মচে *(কল্লপ)* অদুগুম্বা ব্বাঙাংদুদদি ঐ শেল পীরোয়।

জয়ন্ত মদু কয়া নুংঙাইরোদা ইচে।

মচে নঙনা নুংঙাইবা নুংঙাইতবা ঐ খঙদে। ঐঙোন্দা শীংনবা হৌরক্কনু। মদুনা নঙগী তোংজবা করিসু ফংলোই।

জয়ন্ত ইচেনা হায়রিদুবু করিনো?

মচে *(কন্না)* ঐনা হায়রীবসি ঐ হৌজিক নঙোন্দা শেল পীরোয় হায়বনি। ভাব তারব্রা ? য়ারে, ফম্নরোই হায়রবদি নঙ চংলো।

জয়ন্ত ইচে নঙ ঙাওরক্কনুকো। শেলদো ঐগীনে। ইচেনা থোকপা তৌবা য়ারোইয়ে।

মচে *(কন্না)* নঙ কয়াম ঙাঙগে হায়বনো? য়ুমসিগী মখাদা নঙ ব্বা কয়াম ঙাঙবা পাম্মী?

জয়ন্ত ঐবু ব্বা য়াম্না ঙাঙহনগনু ইচে।

মচে অদুদি চংলো, হৌজিক শেল পীরোই হায়রিসিনি।

জয়ন্ত চংনখ্রবরা ইচে। শেলদুবু চংনম্রবরো?

মচে চৎনদেয়ে। সে উয়ব্রা, থৌজিক খুত্তা পামম্রিবসিনি। হন্দকী শেনকমসিমধি চৎনদবা য়াম্রে।

জয়ন্ত শেনদু অমুক্তা পীরকখো ইচে।

মচে করিগীনো?

জয়ন্ত কৈগুগী নত্তে, ঐগোন্দা অমুক্ত পীরকখোসে।

মচে নঙগী নখুৎনা পীনিংবগী বা ওইরগা সেনে। মশীং থিয়ু, গুরব্রা য়েংগু। অদুগনে ইবুংঙো -

জয়ন্ত *(মরক থংনা)* ঐবু বারৌবদি য়াদে ইচে, শেনফমসি ঐ পুজথিবা তারে।

মচে ইবুংঙো। *(স্কর শাংনা হোৎত্থে)*

জয়ন্ত অদুদি। ঐ অমুক চৎলগে ইচে।

মচে নঙগী অচিনবা কয়া লৈরম্বদি য়াই। শেনফমদু অদুম্না পুথিবদি চুম্রোইদকো ইবুংঙো!

জয়ন্ত ইচেনা বারৌরগ্যা বারৌবেদনা। মদুনা নৌপ্পাগী লাইবক তারে। বারৌফমদি থোক্তেদা ইচে।

মচে করিগী বারৌরুদগে, খরা ইকায়জবগী বানি। শুম খল্লুরগা ইচেদি ওৎহোক্লা ইকাইজখ্রেদা। ইচেদগী শেল পুরকই হায়বসে নঙ ইমাদদি হায়দোকপীকনুকো।

জয়ন্ত অস! পুৎমম মমখ্রে, ঐ অমুক চৎলে ইচে।

মচে চৎলো চৎলো। অমম্বদা গাড়ী থৌবদো য়াম্না চেকশিন্না তপ্রা থৌকো।

জয়ন্ত য়ানি ইচে। *(স্কুটর স্টার্ট তৌই)*

মচে চৎলো চৎলো!

# মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ

### অহীংগী অচিকপা

মবায় অহীং নোংশোইবা মিং কক্কা অমত্ত তুমব্রিদুবু করি খল্লিবনো? ব্রাখল য়াম্লা খল্লদি হকচাংদু ফবা ঙম্লোইকো। উপায় লৈত লৈত্রগা নন্দসে লাইরিক তম্বা লেপ্লো হায়রসি।

মচে *(কল্লপ)* ঙাওরব্রা কৈনো ঙাঙলিদুবো!

মবায় করিদি তৌনি ? ঐসু কোয়চৎ চৎতুনা থিবনি, শুফম নোমফম অমত্তা লৈতে হায়বা। মীঙোন্দগী পুরগতা হিংবশিনদি কুইবা য়ারোইনে। য়ুম্ফমসি য়োম্ফোক্লসি হায়রা কদায়দা লৈনি ?

মচে অস চোইরোল ঙাঙদুনা অমুক লৈরে। নোংঙানবগা অঙাংগী পৈশা থাদবা য়ারোইয়ে। মৈনম চুখৎলে চৎসি লাকওসে।

মবায় অহীং নোংয়াইসিদা হৌজিকপু কদায়দনো হায়বা।

মচে চৎতা চৎসিসে থোকঅবা অমা লাকঅনি। সুম পোত্থাহৌগে হায়রগা লৈহৌরো, ঐ চৎলে।

মবায় ঙায়খোনে। ওম্ফোক্লা তহা-তহাব্রেদকো। নখোঙদু করিনো অমা তোংশিল্লুনে।

মচে নোং থিৎলি থিৎলি মরক্সিদা লম্বী মতাসিদা করি তোংঙনি হায়গেদা। থোঙদু তপ্পা অমুত্তা পায়শিনবীরম্মু।

মবায় নোংদাসিদা মৈনমদুবু য়াদৌরিব্রা?

মচে *(শাউনা)* অস হংখিবসিনা হংখিবসিনা। নঙ লৈগেরা লৈহৌরোদা, ঐ চৎলে।

মবায় ঋা অমত্তা হংবা য়াদে হেক শাউগনখিবসিনা। ভগ্না চংলুনে অমুক নাহুদনা বেয়া কানি। *(ঙাইহাক লেপ্পী)* কনাগীদা চঙসি হায়বনো ?

মচে হংবতা শরুক ওইনু নঙসু যম্নু হায়বা।

মবায় খনফম খঙদদনা হংঙিনে ঐনা হংঙিসে। তাম্ব তাম্নরগা চংপদি য়াদবরা? *(ঙাইহাক লেপ্পী)*

মচে ইতে মুনানগীদা চঙসিরা?

মবায় লুপা লীশিং অমসু শিংগংপা ঙমদ্রিদাইনে।

মচে ঙমদ্রিয়ে, অদুগীসু খল্লিবা। অদুদা ইতৈদুনদি ঐখোয়গী অঝাবসি খরদি উবিদনা।

মবায় খুরা নিংথেমগীদা চঙবদি?

মচে নহান অমুক হংলুবদা থারকপা খোলদু কাউরব্রো?

মবায় নহান্না নহান্নি, হৌজিক্তি খরা ফরম্বসু য়ারেদনা।

মচে ঐখোয়না চংলিসিবু কদায় য়ৌরবগে? সিনা কনাগী থোঙালনো?

মবায় সিদি- মহাজন অচৌগীনি। হুই ময়ামদু চোংথোরকঅনি। খরা কন্না চংসি, শুংশোয শোয়দনা শোয়রদৌবা থবক্নীদা। *(হুই খোঙলকই)*

মচে অমুক্তা পোথাখিসিসে, ঐ শদৌ থোংই, ঝায়নে।

মবায় সিদি মোংফম মপানি, খিত্তং চংখিসি।

মচে ইকায়রসু ইকাইনা ইচে শিশক্তগী লুপা চনীপালদু অমুক লৌরুবনা চুমতামাল্লেদা।

মবায় পুরুবতা ঙাইহিরিঙেদা অমুক শিংঙুবা, শিংঙুবতা ঙাইহিরিঙেদা অমুক হম্না পুজরগে হায়বা! লাইহিদিবী শাম্নবগা চপ হেক মান্নেহে সত্য। পোথাসি হায়দু য়ারেসে। পুক্তি চুপ্না পোথাসি হায়রসু ঐ অমা য়ারে।

মচে হং, মফমসিদি লাইশঙ মপানি। পোথারগুমসি। ঐ ঝাবসু খরা

করে।

মবায়  ঐনি য়ান্না য়ারেবো। কদায়দনো খঙদনা চংপসে ঐদি খোঙথাং অময় কাওবা য়ায়। লাইগী মন্দিরসিদা চঙলগা ঐখোয় অনী শিমীরমন্নশিরা?

মচে  হয়রহেদে করিনো ঙাওরম্রো ?

মবায়  ঈশ্বরসিসু তৌহেন্দবা থবক য়ান্না তৌহল্লিদা ঐখোয়বু।

মচে  থেংনবা ঙন্নিবমখেদি পুলিসনি হায়বদাইহনে।

মবায়  থেংনবা খুদিংমক মায়থিরে খঙলবনিনা মখা অনা থেংনবা পামদ্রে।

মচে  ওথেক্লা নিংহমদ্রেদকো নঙসে। অঙাংসিদা মহে তম্বা লোইখিসনু, পুলিসে ঐ অমুক হন্না শেমগৎক্কে য়েংঙুবা।

মবায়  য়েংবুদি য়েংগে উদৌ মাদ্দেনে। চৎলিসিসু ওইরোইয়ে, কদায় য়ৌরগে?

মচে  অমুক্ত য়েংঙুসে। সিদি ইমাখোয়গী য়ৌরেদ্দনা।

মবায়  সি য়ৌরদি অমুক হনবা য়ারেদনা।

মচে  মৈনমসিসু থাউ য়াওদ্রে, নোং ঙানগদবসু কুইদ্রে। ঐ ইমাখোয়দা লৈরল্লগে। থোংসে লাম্বোক্লগা ইচে শিশকতলীদো অমুক্ত লৌশিনবীক্লরো।

মবায়  ঐদি পুমতোক তোকঅসি হায়সিদা লৈয়ে। শুম হায়না ইচা মহে তমহনবা হৌনদেদা।

মচে  মদুনা কোন্না ঙাঙনরসি। হান্না অমুক্ত চংবিররো, অদুগা ইমাখোয়দা লাকপিরো। ঐ চঙঙে।

মবায়  ওম্বোকপা মতৌনিদকো তৌদৌসে। *(নোংঙাল্লমদাই য়েনখোং)*

মমা  *(ইম্নুং মনুংদা)* নচেগী অৱাবদা মতেং শিঙ্গং পাংববু অদুক নিংদোম পোম্বা। নচেগী মনজলদা চাউরকনিংলেহে নঙবো।

জয়ন্ত  ও ঙমদ্রদি ঙমদ্রে, করিনো অহিং নোংশোইবা তুমদনখে ইমানা

পাংজহন্দ ভাওলিসিবো?

মচে (মপান্দা মথন্ত) করিনোনে? ইমাগা ইবুংঙোগীসিবু খক্নরীবা হায়দুরা?

মমা তৌরো তৌরো। নঙনা নঙনা অপাম্বা নঙনা নীংখদো অদুম তৌরো। ইমা করিমত্ত হায়জরোইকো। নচে মপাক্কল শোয়্রে, লৈত -লাইরবগী মৈথু চুহম্নিংদবগী ইমানা ভাওবনি, নঙ য়াম্না ঋরৌরমালে।

জয়ন্ত ঋরৌবগী ঋা নত্তেনে ইমা। ঐসু ইচেদো শুকয়েংমক য়েংশিন্দবদি নত্তেদনা। তলব ফংলকপা খুদিংগী লুপা কুন কুম্বা অদুম পীবনি। অঙাং মিং চনবগীনি হায়দুনা লুপা চামঙা লৌখিবদুসু চহি কারে শিংগে হায়বগী ঋাখল লৈতে।

মমা কাউথোকপীবা য়ারবা শেনফমদুবু হঞ্জিন হঞ্জিন্না হেক পনখিবসিনা। ওম্থোকপা ধর্ম্ম হায়দুনি।

জয়ন্ত কাউথোকপা হায়সিবু করিনো ইমা? ঐসু মীমান্নবা ঙমদ্রিয়ে। ইমান্নবদৌনা ঐবু জীপ কার তোংলব্রো, চেক্কী য়ুম শারব্রো?

মমা শাগংলো। চেক্কী য়ুমসু শাউ, জীপ কারসু লৈয়ু। অদুবু ইবুংঙো নমান্নবশিংদুদি মপঙ্গল শোনবা মচেবু অশুক ঋানদি থম্নিরোইদকো।

জয়ন্ত ঋাসি য়াম্না শাংথব্রেদকো। অমুক হায়ররগা খঙনসিবা।

মমা (কপ্লপ) নঙনি য়াম্না কোথরিসে। লুপা লীশিং কুন লোটরি কাওরকপদা লুপা লীশিং অনীখক্তং নচেগী অঋাবা মতম খরদং ঙাক্লবা পীরবদা করিগীনো অশুক য়াম্না মনা-মনিল নাইরিসে? লুপা লীশিং অনীদুদি ইমাগী ওইজরো হায়বসু ময়াইনা।

জয়ন্ত নুংঙাইবীরেদা সত্য।

মমা নচেগী লায়নাসে হৌজিক-হোয়েনং তম্না ঙম্না নত্তেনেহে নঙবো।

মচে (খোঙ থিল্লী) ইম্না! ইম্না।

মমা কনানো?

মচে ঐনে ইমা, খোঙাসি অমুক হাংঙো।

মমা ইবেম্ময়ো ?

মচে মানে। নোংঙাল্লকএ খোঙ হাংঙো।

মমা অমুক ওয়া কৈদৌবা য়াওরবগে? *(খোঙ হাংই)*

মচে ইবুংঙো হৌগৎপ্রবরো?

জয়ন্ত ঐখোয় ইচেরো?

মচে হোয়নে। নোংসু ঙাল্লকএ হৌগৎলোদনা।

জয়ন্ত শুক ওয়া লাকইশিবু কৈদৌরগে?

মচে অহিং নোংশোইবা ইমাগা য়াম্না ঙংনরমানে। করিগীনো হংবা লাকইনি।

মমা ইমানা থনম্বা লুপা লীশিং অনীদো খরা পীথোকখোসে ইবেম্মা, ইমা খাঙবা ঙমজদ্রে। নচিন-নৌপ্বা অরৈ লৈত তাথোক-তাশিন শিন্নবদু কায়রোইদ্র খল্লুবনি ইমানা। ঐ মৈশা য়াম্না লাংই।

জয়ন্ত অদুই শেলফমদুদি ওয়াংনা লৌরুরবনিদা।

মমা করি হায়বা!

মচে খিং তৌকওসে ইমা! জয়ন্ত নঙাসিসু ওয়েক্লা ফয়ক তাপ্রে। নঙনা ইমাগা মান্নরগা খৎনরিবু করিগীনো?

জয়ন্ত ইচৈনবু হেন্না ঙকপ্রেনে। ইমানা পীরম্মী হায়দুনা মীগী শেলবু হেক্ত লৌরীদুবু।

মচে ঐবু লৌরব্রো। নঙগী শেলদু হাইফেত্তং শোক্লবগী বাতনিনা। অদুগনে, নঙসে ঐনা মীতোপ্পী খল্লপ্লবদি নঙগী শেলদু ঐ শোকপ কাওবা শোক্রমলোই। নঙ থর্ম্ম খোজেকো ইবুংঙো।

জয়ন্ত য়া ঙাওনগ্রমসিদা ইচে।

মচে *(কল্লপ)* ঐনা হেন্না ঙাঙনবা পামদে, নঙনানি য়াম্না ঙাঙনহল্লিসে। নঙ তোলোশসু চারেদনা। ইপা-ইমাগী সম্পত্তি পূম্নমকসু নঙগী

অধিকার ওইয়রেদনা। নঙ য়াম্না নুংঙাইহনা হিংঙু। শেংনিংঙনা শেংলু। অহাও অহাওনা মখেল চাদুনা লোয়্রু। নুংঙাই নুংঙাইরবা য়াগ শাগংলু। পুন্সিগী অয়াংবা আশা করাদ লেম্ব্রোকউ। ইপ্পাগী নুংঙায়রবা পুন্সি উরগা ইচেসু য়েমোন লোকচরিবনি! হয়াওজরিবনি! ইচেসু মপান নাহিদনা চাউথোকচরিবনি!

জয়ন্ত ইচে!

মচে *ইচে!* অদুবু নঙ মিন্নৌ অদুগী অর্থদি খঙদে। নচেদি কৈথেল মচী অমদা মুশি-মুশিরবা পোদোনগী মৈরী মঙালদা য়েন্নাং-কেকঙোই য়োন্নী। নঙনা নচেবু করিগুম্বদা উনিংলক্রবদি য়েংঙু ঃ অহীং নোংয়াইদা শাংলবা তোবর্বান পরেংদা অম্না উরিবা মৈরিদো নচেনা ঈল চিংলিবনি। পিক্লবা ইথোলদা থারীবা নৌরিবা চারশিং ঈশিং চাইনা চাইনা মহয় পাল্লকপা ওইদুনা হিংলিবা নচেগী তপ্লবা পুন্সি খোঙচংনি।

মমা ইমাগী ইবেম্মা।

মচে ইশুং ইমান্নবীশিংনা হংইনে ইমা। নঙবু নবুং নৌপ্পা কনাসু লৈজদ্রবা হায়না। ঐনা নাপল তৌনা খুমজে। ইপ্পাগীদমক পাম্বোম তিংনা ঐনা চাউথোকচে। অদুবু থংনবা য়িকুপ্তদি ইমায় অসে থম্ফম লৈজদে। অদুগুম্বা মৌপ্পা অমা ফংজরগা মচেবু অসিগুম্বা ফীবমসিদা থম্বা! ঐগী পুক্লীংসে য়ারৌবনা খম থেংলে ইমা, ঐ হায়ফম খঙজিল্লক্তে!

মমা য়ারনি। তুমিন্না লৈরোসে।

মচে ঐ য়ারে ইমা। অহীং নোংশোইবা নোং মরক্তা মীগী থোক্লাল খুদিং লেপ্পুরবনি। খোঙথাং খুদিং চপ চপ লেপ্পি। পুন্সিসিদা ঐবু ইথক্তা তরক তরক হন্দোকপিরিবা করিগীনো? য়ারবসু য়ানা থেংনবদি পাম্মী। অদুবু ইমা, নঙনা ইপ্পানুপাগী মপান চাবা ফংলিবসিগুম ঐদি ইচানুপাগী মপান চাবা নংগদবা মালশিন্নক্তে!

জয়ন্ত ইচে!

মমা হায়হেন্দেনে। করিনো নঙনা খজিবা ব্রাখলদুরো।

মবায় *(চঙলক্লনা)* ইমা।

মমা হাইমা, নঙসু লাকপোইয়ে। সিদা ফম্মুসে।

মবায় ঐ য়ৌরকপদা ঙায়জরিদা। অশোমগী তুরেল ৱাংমারোমদ শুম চৎলুবনি।

মচে শেনফমদুবু পুরক্লরা?

মবায় অং, অদুবুদি পুরকএ।

মচে কদায় অমুক্তা শিরকখো।

মবায় সে, সিদা লৈরেসে। মশীংদি চুম্নবনি।

মমা করিগী শেলনোনে ইবেম্মা?

মচে ইবুঙো জয়ন্ত, সে সে। নঙগী ইচেদা লৈবা লুপা চামঙাদো ইচে শিংঙম্মগেসে।

জয়ন্ত য়ারেদা ইচে।

মমা থম্মমগনুনে, কদায়দগী শেলনো নঙবো?

মচে শেন্দোয় হায়ম্মুবা? হং হায়ম্মবোইদা, মদুমক্তি হৌনদেদা কো। সে ইমা, লুপা চাম্মসিনা করিনো ইমানা চানিংবা অমা চাও।

মমা করিনোনে নঙনা তৌরিবা মতৌসিবো?

মচে ঐনা খরা ৱামনবগী তৌরিবনিদা ইমা। ঐনা তোয়না লাক্লগা ইমাগী করি ৱাৎপা য়েংশিনফম থোকপনি। চৎলসি, ঐখোয় অমুক চৎলে ইমা।

মমা অমুক্তা ভপথখোনে নঙবো।

মচে নোংমা অমুক লাক্লে ইমা। ইবুংঙো ইচে অমুক চৎলে। ইচেনা ৱারৌবদগী করিনো পঙঙাঙ ঙাঙস্রে। ইচেবু লমলানবীনি খনগনুকো ইবুংঙো।

মবায় অদুদি ইমা, ঐখোয় অমুক য়ৌরগে।

মমা চৎলো চৎলো, ইমাসু নুমিদাংবাইরম চখোয়কপা ঙন্না য়েংগে।

মবায় ইবুংঙো! ইবায় অমুক য়ৌরগে।

জয়ন্ত ইচে অসে ঐবু ঝারৌগ্রমালে ইবায়! খরা থেমজিনবীয়ু।

### *মরক্কী যত্ন ঈশৈ*

মবায় জয়ন্ত! নঙনা কদাযদা চৎলুবিবা? ওফিস কারুদব্রা নঙবো ?

জয়ন্ত কাকঁই। য়ুমদা গাড়ী থম্মুবগা শুম লাকপনি। ইবায়বু কদায় চৎপীদোয়নো?

মবায় অদুবু খঙঙদি কৈদৌবৈ ঝাদোয়নো? শুফম নোমফম লৈত্রবনিনা হংফম নিফম থিবা হায়বসি ঙায়নে, হা? উপাই লৈমন্দবগী তৌবনি, নচেদা ঝাবৌগনু ইবুংঙো। থবক শুবগতা চাজগে, শুফম পীবিয়ু হায়বদা ফংদবা লমদমসিবু মীগা চান্নবা হিংফম ওইহবিব্রা? উচেক য়াঝাগী শান্নফম ওইনা ঈশ্বরনা চীংলোন মাপন্না কোইশিল্লগা থম্লীবম্বা লৈকোল্লা খঙপোৎ নংত্রেদা ইবো ?

জয়ন্ত ঙসি ইমাবু লাকঅম্ববো?

মবায় ল্যাকঅম্মিনে। করিনো? নচেদা লৌফম অমগী পট্টা পীরম্মী হায়দুনা নঙগা অম্নবব্রা?

জয়ন্ত কদায়দগী ঝানোদা ইবায়।

মবায় অদু তান্নরকই ওইবিনিনে। নহানসু শিজিন্নবা য়াদবা শেনফম থরা থিল্লকঅম্মী, নঙনা অদুম তান্নরকই। ওইবসু য়ারোইদৌদুদা শুম লক্লবসিনা। নচেগী অনাবদো নমদুনা হৌহনদৌরিনেকো ?

জয়ন্ত ইচেবু য়ুমদা লৈহৌব্রা?

মবায় ইবুংঙো, য়ারদি নচেদু অমুক্ত উম্নরুখিনু। পট্টাদু ঐ ফজনা থেম্মগা থিল্লক্কেদা।

জয়ন্ত অদুই ঝা নত্তেদা ইবায়।

মবাম হোয়নে, অদু ওইরগা চঙ্গেয়া চঙ্ডোহিরা নত্তনা থোকপা তৌরোনে। ঐদি কৈথেল ফাওবদা চৎলুথিগে।

জয়ন্ত করে করে য়ৌবিরুরো। *(ভাইহাক শরক পি)* ইচে, ইচে লৈবয়ো?

মচে *(ইমুংদগী)* ইবুংঙো।

জয়ন্ত করিনো হিন্নিসিবো? হকচাং ওমপ্রবরা ইচে?

মচে ফম্মু। *(ভাইহাক তুমিন লৈ)* ইমা লাকঅম্মী। অমাংগী লৌকমদু ঐগী ওইজরো হায়দুনা ফাগী তৌরম্বনি। সে, পয়সাসি নত্ত লাক্লিঙেদা খরা পুখো। *(পুথোকুনা পী)*

জয়ন্ত *(লৌই)* পুদি পুথিগে। অদুবু। ঐ সিগীদমক্তা লাকপদি নত্তেদা ইচে। মরি অমত্তুং শান্ননিংদুনা লাকপনি।

মচে তোয়না লাকনুদা। ইচেগী য়ুম্বান কৈবান মতাসিদা ইকাইজেনে। করিমত্তা লৈতবসিদা পুমচায় চায়রিবসি উরেদনা!

জয়ন্ত অদুগুম্বা মাদু য়াম্না ওাঙবিগনু ইচে। সে লুপা লীশিং অনীদুনি। অমুক শিংবিরক্কদবা নত্তে। ঐনা ইচেদা তশেংনা পীজরবনি!

মচে লুপা লীশিং অনীদো!

জয়ন্ত সি অমুক্তা লোশিনবিয়ু ইচে।

মচে ইবুংঙো। *(ভাইহাক লৈরগা)* নত্তনা ওসি খল্লিবসি করিনো?

জয়ন্ত করিগী পিনো ইচে।

মচে *(খৌনা ফনা)* হুং! ঐ কপ্তে। অদুবু শেনফমদুদি খল্লমগনু।

জয়ন্ত ইচেনা ঐবু মারৌরমাল্লে। ঐ চিংনে ইচে।

মচে চুম্মী। ঐনা মারৌথি খনবগী পাউথুমনি মদো। ইচিন ইপ্বাগী মরীদি সনা-লুপা, লন-থুমগী মাংমদা থমসি। ইচে ওসিদি সনা-লুপা পামদ্রে। মীওইবগী মরীদা মসিনা হুগী জঁচেল চেলহল্লি খল্লুবদা ইচে হুজোইবা ফাওরে।

জয়ন্ত ইচেনা ঐবু ইম্বোকপিগে খল্লব্রা?

মচে নত্ত খত্তদ্রে। সনা-লুপা, লন-থুমগী মাংমদা লৈবা ইচিন ইপ্বাগী

মরী হায়রবসে নঙনা অব তাবা ওঅগ্রে। নিংশিংউ, নিংশিংবনা য়ৌবা ওম্না নঙনা সংসারমশিবু উবা হৌরকপ্তে কুইরবা মতমদো। কদায় কাওবা নিংশিংলি? ইচেন্দা হায়রু। অদুক্তা হায়রুনে।

জয়ন্ত নোংমা! ঐনা শিশক শীক্লিংগে মতম অমদা। ইচেনা ঐবু লাইরিক তম্বা চংলু য়াদে হায়দুনা উখোঙতেন্দা ফিনা পুনখি। ঐনা অঙাং ওইরিঙেগী মতম হেক নীংশিংলকপগা যৌদোক অদুনা অয়োইবা পথে অমা হেক্তা ওইরি ইচে।

মচে মদুদি। নঙনা চহি তরুক তরেৎ শুরকপ্তে স্কুল কাবা হৌরকপা মতমগী বানি। ইচেদিনে নঙনা চহি ফাগ্রিঙে ইচেগী নঙ্গলদা নিঙাই তৌখিবা মতমদুসু নীংশিংলি। নোংমখক্কি বারি অমা লীগে। তানিংদ্রা?

জয়ন্ত ঐনা মীরোল তাগ্রিঙেগী বারিদো ওসিদি য়াম্না তানিংই ইচে। লীবিয়ু।

মচে নোংমা! ওসিগী অসিগুম্বা অশিং জবান থাগী নুমিৎ য়ুংব মতুংনি। পাবুং লংথৈ চংখি। ইমানা ফুদিং খপ্পা য়াওখি। নঙনা লাম্মক্তুনা থেম্বা ওমদনা কপখি। ইচেনা নঙবু পোখৎলগা পাংলৌ তম্না ইচিন ইপ্পা ইমাবু থিবা চংমিন্নখি। কম্লদা য়ারদুনা নংদি ইচেগী নঙ্গন্দা অদুম তুমথগ্রে। নঙবু লবুক মচি অমদা শুম্লগ ইচেনা ফৌ চরোং খুনখি। মতম অদুদা ইচেনা খনখিঃ ইচেনা খুনবা ফৌ চরোংদগী ফৌ অদু তাইথোক্লগা ঐগী ইপ্পাগী "সনাগী লীকফাং শাগে হায়না!

জয়ন্ত ইচে! তোকপিরো ইচে!

মচে নোংলৈ নুংশিং ময়ক্তুনা চরু মনা অনী অহুম্না পুনশিল্লগা ফৌ চরোংদো ইচেনা কোক্তা পুরকখি দো। মতম অদুদি হৌগ্রে। অদুবু ইচেনা খনখিবা ইপ্পাগী সনা লীকফাং অদুদি শোয়দনা শাখিগনি!

জয়ন্ত ইচে!

মচে সনা-লুপাগী নত্তে। লন-থুমগী বা নত্তে। মীওইবগী কল্পনা, নাপাল, আশা কয়াগী মঙলান নত্তে। ইচিন ইখাগী নুংশিনবগী য়াদিদি মীওইবগী ইতিহাসকী চেনাবা অরু অশেংবা চেনহৌসি। পৃথিবীগী শেংদবা, কলক-মিহৌবা, মীনম-পোরিবা কয়ানা ইচেল অসিগী হিদেন অমত্তদসু মাংহল্লোকহনবদো ইচে পামদে। ঐনা পামজবদি, নঙনা ঐবু ইচেনি খল্লা নুংশিবা অসিবুনি। স্বর্গ অসি কিন্দুরল্লকবসু ঐনা নঙবু ইপ্পা অমনি খঙনা নুংশিজবগী লন অসিমদি মাঙহনবা পামদে। অদুনা সে! নঙগী মশিং লাকওমদ্রবা লূপা ময়ামসে পুখো!

## *মরক্কী যন্ত্র ঈশ্বৈ*

### *অহীংগী অচিকপা*

মচে অথাপ্লদগী। মীকপ মীরাও, তেংথা নাহেখোল খরা তাবগুম তৌব্রা?

মবায় তাদেদা। কনাসু কপ্তে। অহীংগী অচিকপনি। ঙাইহাক্তং পোথানবা খল্লু। নোং ঙাল্লকদৌরে।

মচে নোংবু ঙাল্লকখিগদ্রনে? অঙাংশিং থাপ্লা লৈখিদা!

মবায় করিনো নঙনা খল্লিসে?

মচে করম্না হিংসিগে খল্লিবা। ঙসিদি ঐ য়াম্না হিংনিংলকই। সংসারসে কজে। মীওইপোকপু নুংশিজে। পুন্সি অসিদা য়াওরিবা হিংনিংবগী শক্তি অসিদি অঙকপনি। হিংনবগীদমক অসুক য়ানা হোৎনরকপনি। য়ায়দকো হে ঈশ্বর!

মবায় নঙ করিনো পঙখল খল্লমানে।

মচে বামনগ্রে। মথা তানা য়ানবা পাজল লৈত্রে। অদুবু থেংনগদবদি য়াম্না বাংলি। হিংবগী মতমসি তেম্রা?

মবায় অদুগুম্বদু খনগনু হায়বনি নঙবো!

মচে *(শাওনা)* করিনো খনগনু হায়রিসিবো? খন্দবা য়াম্রো? নঙসু খল্লো। চরা নাম্মা চারগা নাম্মা হেল্লবা নঙ ঐনা ইচা লাইরিক তমহন্নবগী লুপা লীশিং লীশিং! থা খুদিংগী! কদায়দগীনো?

মবায় *(কল্লপ)* অদুনবু মহৈ তম্বসি তোকও হায়রসে। নঙ ঐনা মপান চাবসু নংগদবা মান্দ্রে। কবি কান্নবনো তোকও হায়রসি হায়বসু নঙনা শিবমখৈ য়াদেদো।

মচে মপান চাবা নংবা নংদবা। নঙ ঐনা ঙসি বারিবা অসিগুম্না ইচা-ইশুদি বাহনবা পামদ্রে। ইচাগী মপান চাবা নংঙরোই হায়বদি ঐসু খঙই‌না।

মবায় খঙদ্রে নঙগা ঙাঙনগদবসি। নশাদো য়াম্না শোক্কনি হায়বনি। ঙাক্তরনা হায়রকপদু নীংশিংঙু।

মচে অরাবা বাখল খনগনু হায়রকপনি। বাখলদদি ইথক্তনি। বাখলদু খন্দনবা বারি শাবসিবু কয়াম কায়রবগে?

মবায় বারি শারগুমসি তুম্মসি হায়বা।

মচে নঙ তুম্মো কৈদৌরগে?

মবায় নঙগী চোয়রোল পারোলদুদা ঐ তুম্বা য়াদ্রে।

মচে অদু ওইরগনা ঐনা শিল্লবা মতমদা নঙ য়াম্না নুংঙাইনা তুমহৌবা ঙাম্মেদনা।

মবায় অদুগুম্বা বাঙাংদু ঐবু তাহনগনু। ঐ য়াম্না নুংঙাইহৌরে। ঐসু নঙ বাদনবা ওন্নমখৈদি হোৎনবনিকো। মদু খঙনা খঙনা নঙ য়াম্না ঙাঙই।

মচে শাওনুদা। ঙাঙবা ওন্মিথৌ খরা ঙাঙবনি। ঐ কুইনা ঙাঙবসু ওমগদবা মান্দে।, তুমথবা য়াম্রা য়েংবিয়ু। য়েনখোং অহানবা

ত্মাগ্রে।

মবায় হৌজিক তুপ্না য়াবা হৌনদ্রে।

মচে অঙাংগী শেল হংলুসি হায়ব্রা?

মবায় ও হংকম লৈতে। কন্দায়দনো খঙদনা চংশদু তোক্লসি।

মচে হংকম লৈত্রগনা হয়েং ঐনা যমগী লৈবাক্তগী থিল্লকপা হায়দু তারেদনা।

মবায় যমগী লৈবাক্তুনা হেন্না শেন্দোয় চাউহি হায়বনি ইবেম্মা। হিংনবা অসুক কন্না হোৎনরিবা ঐখোয়না শিবগী ব্রাখল খনগদৌরিবসিবু করিগীনো? পুন্সিসে ইচাই চাইদুনা থন্নম্বা য়াবা নত্তে। নও ঐ শিখিবা য়াদ্রি।

মচে অং। মদুবুদি ঐসু য়ানিংই। ঐ ওশ্মিমখেদি হিংবা পাম্মই। হিংনবসু হোৎনসি। ইথ্মোলসি করি করিনো থাজিন্নবা তৌশি। খবী মরু, মাইরেন মরু, তোঙান তোঙান্না চেঙফু মখুমদা কিশি কিদুনা হাপ্লিবনি। ইথ্মোল-শম্বলশিসু খরা শেমজিনশি। নোংজু-থা লাক্লে। যুমথক্সিসু চরুনা অমুক্তা কুপশিন্নবা তৌসি। তারিব্রা?

মবায় ঐসু খল্লিবনি। খন্না খন্না ওমদবনিনে।

মচে অদুগনে। ঐনা হায়জবদুদি কাউবিবা য়াদেকো। ঐখোয় ইবুংঙোগী মতেংদি ঐনা শিরবা ফাওবদা লৌবিরক্কনু। মসিমদি ঐ লেপ্লবনি।

মবায় ফিরেপ অদুমক্তি কনমন্দ্রা?

মচে হং। ঐ মঙোন্দগীদি করিমত্তা পামদ্রে। খরা হেনমনখিবনি। ব্রামনবগী হংনবনি। হংনিংবা কনাসু লৈবা নত্তে। অদুবু ঐগী ইপ্বাগী থম্মোয়দুদি ঐগী থম্মোয়মা য়াদ্রে। শিবা তারবসু ইরাইবকী খোকঅবা হায়বদুনি। মঙোন্দদি ঐ! চেঙ মুদ অমা ফাওবা হংলরোই।

মবায় লায়রবা ঐগা খেংনরুবদগী ইমুং মনুং লোইনা কায়নবা তারব্রা? খরনা ঙাকপিবা, খরনা কাউথোকপা মন্নবদি অশোয়বঙম্মা থল্লবা

তাইবংপানসিদা করম্না হিংজিন্নগনি ?

মচে থম্মোয় শেক্লা হায়জরবা খুদিংগী নিংবা কারনা হক্লকখিবা খোঙকমশিংদো ঐ অমুক খেংনবা পামদ্রে। তঙ্গায় কত্রবদি কায়নবা তাবনি। তঙ্গায়বু কত্রবদি শিবসু ওস্না তাবনি। ইকাইখবতা ইশরক ওইবা পুন্সি মরেলদু ঐ তুকচরে।

মবায় জয়ন্তগী মরালদি লৈবু লৈতে। ঐখোয়না লায়রবা ওইরম্বসিনি মঙোল্দা খ্বায়দগী লাইবক থীরিবদি। মশাগী ফীবম থরদং ফগৎচনবা হোৎনজবা মাগী অনিংবা খুদিংদা অপনবা পীরিরিবদি ঐখোয়গী ইপাপসিননি। মহাক্কীসু খাঙওমদবা কয়া লৈরমগনি।

মচে পুন্নমক্তো খঙই। কংশিল্লরবা চয় অমদদি ঈশিং চাইবিফম থোকইদনা। তুরক্কদৌরবা উপালদুসু উরিনা য়েংলি। মহাক্না য়েংশিনফম থোকপা মফমদা মিং উইশিনখিবা, হায়রক্ক ফাওবদা থম্মোয় পান্দবা মতৌ উৎখিবদো ঐগী নীংবা কায়বগী পন্দোম লোমখিবা থৌদোক্নি। ওহ্নোকপনি ! খজিক্তসু য়েংবিখিদেদা !

মবায় নৌপ্বাদু নঙ উবা ফাওবা পামদ্রে অসিরা ।

মচে মদুমক্না মচে অমগী নুংশিবদা হন্থহনখিবদি নত্তে। ইপ্বাবু করিগী উনিংলোইদ্রগে? মহাক উরগা থম্মোয় অসি চাউথোকচরিবনি। চাউথোকচরিবা থবায় অসি কপ্পকসু মহাক্না পীল্লি। থবায়না মপান নাইদনা হিংনিংই। অদুবু ঐনা অসুম্না হিংমনবা উপায় থিবা অসিবুদি মহাক্কী পুক্সিনা নোক্লে। মসিদা পোকমিন্নবা পোকমিন্নদবগী য়াফম করিসু লৈতে। ঐগী হিংববু তাথিবিরকপা মহাক অদুদি . . .

জয়ন্ত চাক চাথোকপীরো ইমা।

মমা ইমাবো? ইমা চাক চারোই জয়ন্ত।

জয়ন্ত হৃকচাংদু শোম্বরকঅনিয়ে ইমা।

মমা শোম্বসনু। নচেগী মাঙ থানা শিজখিবা ইমাগী লাইনিঙনি। অসুক ৱানবু কৈদৌরুগবনো। ইমা কুইনা হিংমনগ্রে।

জয়ন্ত ইমানা হায়বীরিসিবু করিনো?

মমা য়ুম শাগনি হায়দুনা চেক নুঙ হোজিল্লক্লিবদো মতম খরদং লেপখো। অমনবা য়ুমসি শীদোকপা য়াদ্রি। নঙগী ৱাজিগী য়ুম্ফমসিদা ইমাদি-

জয়ন্ত *(মরক পংনা)* ইমা! ঐসু মীনিনা পুন্সিগী থৌরাং খরদি তৌফম থোক্তবরনে? ঐগীসু আশা কয়া, মঙলান কয়া লৈ। অদুবু হৌজিক্তী পুন্ন মতু থাদোক্লগে খল্লে। ইচেগী অৱা অনা কেক্লবা হান্না হোংনখিগনি।

মমা *(হরাওনা)* ৱাশকউ! অদুদি ইমাদা অমুক্তা ৱাশকউ।

জয়ন্ত ঐনা ৱাশকচরিবসিংনি ইমা। ঐগী পুন্সিসিদা অথাকপা অমত্তা লৈতনা ইচেগী মতেং পাংলগনি।

মমা কদায়। অদুদি ইমা চাক চারগে।

জয়ন্ত সিদা লৈরে ইমা। সে, ঈশিংনা সিদা লৈরে।

মমা নঙদি চারব্রা?

জয়ন্ত চাদ্রি। ইমা হান্না চাবিরো। ঙসিদি ঙাসু থোংই। ইমানা য়াম্না পান্বা খজিং বোরাসু য়াওরে। ইরোনবা মথেল অমসু য়াওরি ইমা।

মমা নচেদি ঙা থোংবকাসি অমুক্তা চাবা ফংজরম্মোইদো। শিংজু বোরাসু পামজবনিনে। করিমত্তবু চাবা ফংলমলোইদা।

জয়ন্ত ঐ ইচেগা চামিন্নরুগে খন্দুনা চাক চাদ্রিবনি ইমা। চাক ইঙাংসি পুরগা ঐ ইচেগী মনাক্তা চংলুগে। অদুদা ইমা, ঐনা ইচিংদা চিংনবা অমদি লৈ।

মমা করি চিংনরিবা? ইমাগা চংলুসি হায়বরা?

জয়ন্ত অমম-অথেংবসিদা ইমানা চংপদি নুংঙাইহরোইদা। ঐনা চিংনরিবদি ইচেদু করিগুম্বা অমত্তসু ঐঙোন্দা হংলরোই নীংঙ্গবরা অসিনি।

মমা খঙদেনে। নীংখীবা হায়বসিসু য়াম্নদি লুবনি। নচেদু নবায়গা হোসপিতালদা চংখি হায়বনি। হল্লকপ্রা হল্লক্তরা মরোল অমত্তংদি খঙলুবা চুমই।

জয়ন্ত ইচেখোয় হল্লকপ্রে। পূম্মক ঐ তারগা লাকঅবনি ইমা।

মমা নচেগী লায়নাসিদি নিঙশিংলুদবনা চুন্নবনিদা। নচেসি কুইনা পুন্সিরোই হায়নে। নচেবু লুনা তৌবিয়ুনে ইবুংঙো।

## মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ

জয়ন্ত ইচে!

মচে ইবুংঙো। কৈদৌরে নঙদি ঙন্না লাকইদা। ফম্মু।

জয়ন্ত নোংঙাল্লমদাই লাকপনি। চঙলকপা ঙমদদুনা কুইনা তোববান্দা ফমদুনা লৈরুরে। ঙা থোংবা পুরকই। হপ্পা ঙমদদুনা ইচেগা চাম্মিন্নগে খন্দুনা পুরগা লাক্লিবনি।

মচে ঙা থোংবা! কদায়দগীনোদা ইবুংঙো! ইচেদি অদুগুম্বা মথেলদু চাবা হৈজদে। ইচেনা হেক পামজবা মথেলদি মাইরেল চম্ফুৎ, শৌগ্রি, য়েলাং, কেকঙোই, পেরুক কাংশোইনি। অহাওবদি নঙ চাজৌদা।

জয়ন্ত ইবায়বু কদায় চংখিগে?

মচে ইচেগী এন্নরে লৌরুনি হায়দুনা ঙন্তা চংখিবনি।

জয়ন্ত সে, মচুসি পান্ত্রা য়েংবিয়ু ইচে। ফিরোল খরসু ইচেগীদমক লৈরকপনি।

মচে অস! ফজন্ত্রেদা। ঐনা পামজবা মচু ঙাক্তনি। হরাও কুম্মে

থোকপদা ইচেনা মসিবু শেৎচবা কংলবদি ওম্বোক্লা পকচগনি। ইচেদি ইপক্তা পকপনি। অদুবু নওনা ওসি পুরক্লিবা ফিরোলশিংসে ইচেগীদমক্তদি খরদং থেওমনগ্রে জয়ন্ত! ইচেদি মসি শেৎপা নংলরোই, ইচেগী মতম লৈত্রেনে ইথুংঙো।

জয়ন্ত অদু রৌনা বারৌরিদুবু খরা হেনমগ্রনে ইচে?

মচে বারৌবনি খল্লগদি হেনমন্না উরমগনি। নওদি ইচেনা নত্তেং নিরিঙে মতম অদুতা ওইনা উরম্লে। হিংবগী মতমসে ওম্বোক্লা তেল্লমগ্রে। হৌখিবা মতম অদুবু ওসি ফংজবা ওল্লবদি ইচেদি শিবা নাইময়োইদো। নংহৌরোই খন্না খন্না পুন্সিগী য়াচংবা মতম্না মাওদা লেপলগ্রে। ইচেগী হিংনিংবগী জিবীকা শাথেক লোইশিল্লক্লে। করি উপায় লৈ!

জয়ন্ত ইচে! শিবা-কেনবা হায়বশিদি মহৌশাগী নিয়মনি। ঐগীসু শরুক য়াওরিবনি। অদুবু হিংমিন্নরিঙে মতম খরসিদা শোয়গ্রে খওনা হায়জরকপা, লানগ্রে খওনা চওজরকপদুদি ওাকপিনবা মতম লৈফম থোকই। ইচেনা ঐবু ওাকপিবা পামদে, ঐ খওই।

মচে ঐঙোন্দা অমুকসু দোষ তৌরি। কয়াদা চাউগ্রবা নমথাক্লো!

জয়ন্ত ইচেগীদমক্তা লৈজরকপা ফিরোলশিং অসি হরাও হরাও লৌশিনবীয়ু ইচে।

মচে হরাওবসু ওমদ্রে, লৌশিনবসু ওমদ্রে।

জয়ন্ত মসি শেৎনবা ইচেগী মতম শোইদনা লাকখিনি।

মচে শিরবা হকচাংদা শেৎপিরক্কনুকো, ইচে পামদে! ঐনা পামজবদি ঐনা ওসি শেৎচরিবা ফিজোলসিনি। মসিদগী অমত্তং হোংদোক্লবদা ইচেগী কজবা পুল্লমক মাওখিগনি। মীয়ামগী থম্মোয়দা নোক্লখিগনি।

জয়ন্ত ইচে!

মচে করিনো অদুক নিন্দা তৌনা য়েংলিদুবো?

জয়ন্ত ঐবু অদু য়ৌনা শোকহল্লগা করি কায়ে?

মচে ঐবু শোকহনগনুনে ইবুংঙো; ইচেবু অশোকপগী অশোকপা ওাক্তা ওায়রেনে।

জয়ন্ত ইচে নঙ শিখিবা য়াদ্রি। শিরবা মতুংদা করিসু তৌবা ঙম্মদবগী খাঙঙম্মদবদু নৌম্বাদা চাউনা লৈগনি। ইচেগীদমক ঐগী পুন্সিদা তৌগদবা থৌদাং য়াম্লা লৈরি। অশিবা হায়বসিনা পুম্নমক অসিবু শোয়দনা নোক্লবিগনি।

মচে অং। অদুবুদি ঐসু খল্লিবনি। শিরবা তুংদা লাক্কদবা নিংঙম্মদবা। অদুবু লমন্দি শিংলক্কনু। ঐনা শিক্লবসু ইচা-ইশুনা নুংঙাইজরকপা হায়বদু ঐনা মতম অমদা পাল্লল্লগসু ঙসিদি ঐ অদুক হাক্লা ওইজবা থিবা পামলক্লে। করিসু কায়দে! করিসু খেংনব্বা লৈতে! পুন্সিসিদা অম্লাবা নুংঙাইবা চপ মাম্লনা চংমিন্নবা খোঙচংনি। খোঙচং অদুগী অশিবা কৌবা পম্বুং অদুদি চপ মান্নে। অদুনা ইচেনা নঙোন্দা করিশু শিন্ননিংদে। ইচাগীদমক পল্লম্বোম তিংলকপদু ঐ পামদে। খোঙচং অসি নঙনা নুংঙাইনা লাকউ। মখোয়না কপ্লা কপ্লা লাকহৌবগীদমক ইচেগী পুক্লীংদা লাংতক্লবা করিসু লৈত্রে!

জয়ন্ত ইচেনা শিবগীতা ঙাঙই। হিংলিঙেসিদা ইচেগীদমক নৌম্বা করিশু তৌবা ঙমহল্লরোইদ্রা? *(কপ্নি)* খুম্বীয়ু ইচে, ঐনা ব্বাহং অসিমদি পি তানা হংলিবনি। ইচেদা ওইনজবা ওইনা ব্বাহে অমত্তং শোয়খিবগীদমক অদু য়ৌনা পেন্দবদি তৌবিগনু। ব্বাখলগী ফিরেপ্তু খরদং হোংদোকপিয়ুনে। ইচেগী নহুংতা ঐনা শিগনি।

মচে নঙ! পি তানা কপ্লবা! ইচেবু অদু য়ৌনা নুংশিবা ফাওরক্লবদি পেল্লে, ইচে পেল্লে ইবুংঙো। হায়রো। নঙনা হায়বা লোইনমক ইচে য়ারগে। ইচেগী খুদাংদা শিরিবা অরুপ্পা খুজিশিংসি সনা লোয়না ওল্লোক্লেরো, চক্রগী খাঙপোকসে দল্লান ওইনা শারগেরো,

ইচেবু ভারত শিনবা থুংনা য়েংহনদ্রেনো? ইমানা অঙকপদো ইচে য়াজে। করিনো নঙনা পান্নীবসে?

জয়ন্ত ঙা থোঙবসে ঐ ইল্লকে। ইচে খজিত্তং হান্না চৎখিথোসে।

মচে *(য়ানিংদনা)* ঙা থোঙবা! হুং! ঙসিদি ইচে ব্রত কংকনি। ঙসিসে বাজিনা লৈখিদবা নুমিৎনি! ঐদি নুমিৎ অসে ব্রত অদুম কংলি। অদুবু। নঙনা য়াম্না নুংঙাইরোইদবা ওইরগদি! ইচেদা ঈশিং খজিত্তং ইল্লকেরা?

জয়ন্ত কদায় ? পাত্রদি অমত্তসু উদে।

মচে অকায়বা চক্ষু মচেৎ, অশাকপা চেগায়দুদা হৈরেকউ। অতৈ পাত্রদি লোইনা য়োম্বোকপ্লবনিনে।

জয়ন্ত *(ঈশিং হৈবগী মখোল)* চমসতি কদায়দা থম্মী ইচে ?

মচে লা মচেৎ অমনা শেম্মুদনা। তু অসিদা লৈরীনি।

জয়ন্তা *(লা শেংলি)* সে। চীন্দু লাওনা কাথোকপিয়ু।

মচে ফুরিৎ খোঙগ্রাওদুদি হোঙদোকত্রবরা? ইচেদা ঈশিং ইনবদি অদুগুম্বা ফিজোলদু পকচদেদা। নবায়গী খুদৈ খোঙদাই লৈরিনি।

জয়ন্ত হোংদোক্কে ইচে।.ঙসিদগীদি ঐগী বাখল-ফিরেপ, ফিজেৎ-চাকচা পূম্নমক হোংদোক্লবনি।

মচে নবায়গী অহেনবা উরিক লুগুন লৈবনি। সনাগী লীক্কুসু ঙাইহাক্তং শিন্দোকউ। উম অদুম্না। ঙসিদি নঙ কয়াদি ফজরে।

জয়ন্ত ইচে!

মচে *(বানা)* হাউনে! *(মীং কুপ্তনা য়েংই)* লবুক্তা ইচিন-ইপ্পা ফৌ চরোং খুল্লুসিরা ?

জয়ন্ত ঈশিং ঈল্লকে ইচে, য়াদু অমুক্তা কাথোকপিয়ু।

মচে তপ্না ! য়াম্না তপ্না ইল্লকউ। *(থকই)* হাউগ্রেদা। তাইবংপানসিদা মী হেক ওইরকখিদোবোই নীংইদা . . .!

অরোয়বা যন্ত্র সঙ্গীত

## হৌরকপগী যন্ত্র সঙ্গীত

খোম্মৈ এহ্! পুঙসি আ য়ৌগ্রেদনা। নঙগী চাকতুবু থিগ্রিবয়ো?

রাণী থিরে। ঙা ঙৌবসি থিত্তং মুনফাংত্রি। চাবা হৌবীরো।

খোম্মৈ ইমাদি ইরুজগ্রবরা?

রাণী কারকপ্রবনি। চন্দোল থিল্লিমালে।

খোম্মৈ ইমাগী চাকপু থিরব্রো?

রাণী থিরে।

খোম্মৈ ঈশিংদি ফজনা লুমথোক্লগা ইংহনবদু ওইনা শিজিন্নসিনে।

রাণী সিদা লৈরেসে। *(ঈশিং হৈবগী মখোল)*

খোম্মৈ ইরোনবরো সিবো?

রাণী আলুগা য়োংচাক্কা ইরোল্লে।

খোম্মৈ নঙনা মোরোক অশাবা পাম্বসিদি।

রাণী মোরোক শাহন্দেদা। অচাথাউ তোয়না চাবসি ফত্তে হায়দাইনে?

খোম্মৈ অচাথাউবুদি নোংফাদোক ঙা থোংবদা থাকপা নঙনা মনা-মশিংদি য়ারীমখে চমথোং ওইনা চারদৌনি। অদুগা নুমিদাংগী জাংসিমা ঐগীদি চাক খজিক-খজিক্ত থিবিবা। পুক থন্দে হায়সিমা ঐ পুজিদা হায়ররোইদৌনি।

মমা *(থোঙজিন্দগী)* হাইমা চাক চান্নরব্রো? চাক থিরেকা হায়দেনেহে।

রাণী চন্দোল থিনবা লোইগ্রিমালে হায়দুনা হায়জদবনি ইমা। ঙা ঙৌবসিসু মুনবদা ঙায়রী। সিদা ঈশিং লৈরে ইমা।

খোম্মৈ ইমাগী শঙ্গোমগা লফোইগদু লৈরিবা নংব্রো?

রাণী লৈরীয়ে।

মমা কদায় তেঙ্গোং অমত্তা পীরকউসে।

রাণী সিদা লৈরে ইমা।

মমা ইঙ্গাংসিবু অতে লৈহৌদ্রবরো?

খোম্মৈ চাবা হৌদ্রিঙেদা খাইদোকইদুনা কনাই ইঙ্গাংনো ইমা?

মমা রাণী সে, ইচাতোম্বীগী থিক্ত থিনবীরুচো।

রাণী অস, অহাওবসু নত্তবসিবু।

খোম্মৈ চাকথাক হনবদৌনা নুমিৎ খুদিংগী ইঙ্গাং থিল্লিদুবু করিগীনো?

মমা ইরোনবসি চানিংঙমগনা হায়দুনা তৌবনিদা।

খোম্মৈ চানিংঙগা মরাইনা হংজরকনি। ইমাদুম পুক থন্নবা হান্না অমুক্তা চবীখোসে।

মমা *(কৌই)* তোম্বী, তোম্বী।

তোম্বী *(অতোম্না চাকশঙদগী)* করিনো?

মমা চাক চারব্রো নঙবো? ইঙ্গাং খরা লৌরো লাউসে।

তোম্বী ও খরা হেক থিল্লকউ ।

খোম্মৈ কয়া ঙকপ্রবনো য়েংঙু। মা মঙায়রেনে চাউরীসে। নুমিৎ খুদিংগী থিল্লকপা ঙাইদুনা লৈম্রবনিনে সে।

রাণী তোতি ঈশিং লাকঅম্মনি, ঐ অমুক্ত শোকচিনহৌকখিগে।

মমা সি অমুক্ত পীরম্মুনে।

রাণী হোয় হোয় পীরম্মগেসে।

খোম্মৈ পীরুনু পীরুনু, নঙবু পীবীরম্মু হায়দে।

মমা সিবু বা ওইনা হেক ঙাঙনৈদা।

রাণী নচানুপাগা হান্না অমুক্ত ঙাঙনবীখো ইমা। ঐ ঈশিং লৌশিনবা চৎলে। *(চৎখি)*

মমা ঐ ওইনা হেক পীজকরগেসে।

খোম্মৈ *(কল্লপ)* ইঙ্গাংদু থিল্লুনু হায়বনে ইমা।

মমা নঙগী চাদৌ খরদু চারগা নথৌদু কোক হেক চৎখোবা ইবুংঙো।

খোম্মৈ ইঙ্গাংদু থিল্লুনু হায়বা।

মমা সিবু নঙগী নশিন করি লৈবগে ?

খোম্মৈ ইশিন লৈদুননে ঐনা ঙাঙভিসে। ইঙ্গাংদু থিনবা শুকয়া য়াবোই।

মমা করিনো নঙনা ঙাঙঙিদুবো?

খোম্বে ইমানা হায়রীসিবু করিনো?

মমা অসে নচননিনেহে ইবুংঙো। মীয়োল থুংদে হায়দুনা হন্দোকউবা য়ারোইনে।

খোম্বে করিগীনো মানা য়ুম পাল্লুরগা হল্লকইশিবো?

মমা য়ুম্বাল বাবোং চাদবা হায়দুদি অসিনিদনা।

খোম্বে ইবুং তোঁলোব চারি শুংশু শুদনা হিংগনি হায়দুদি মচা অহুম শুরবা মানা খনফম খোঙ্জেনে ইমা।

মমা ইঙ্গাং খজিক্তং থিনবীগে হায়বসিদা ওঙ্খোল্লা মনা মনিল নাইখ্রেদকো।

খোম্বে মাসু খরা খঙসনু ইমা। মপুরোইবগী অবাবদা শরুক য়াবা ঙমদবী, লৈশারিঙে শুদনা চাবা পুন্সিগী মহাও কাউবা ঙমদবী মাবু নুপীরো?

মমা মদুনা কোন্না ঈংনা তপ্না খন্নরসি।

খোম্বে ইঙ্গাংদু থিনবা য়ারোইকো ইমা।

মমা *(কপ্লপ)* থিনবা তারে অদুদি।

খোম্বে থিল্লুরোসে অদুদি *(তেঙ্গোৎ য়ুম্লগী লৈমায়দা থাদে)*

মমা অস! হরে হরে, লোইনা হেক হৈদোকইদা।

খোম্বে মসিনা খ্বায়দগী ফরবনি। *(ঙাইহাক শরুক পি)*

মমা *(থম্মোয় শোক্লা)* খোম্বে।

খোম্বে *(কপ্লপ)* কৈদৌরগে ইমা। চাকতুম চাও য়াদ্রা?

মমা চাকশিবো! চানিংঙগা চানি। চানিংদ্রগা তোক্কনি। নঙনা চাও হায়রগা হেক্তা চাগদবা নত্তে। নমদুনা পীজবসু ঙম্মগদবসু নত্তে। ইমাসু মীনিনে ইবুংঙো।

খোম্বে *(কপ্লপ)* ইমাবু কনানা মী নত্তে হায়বা য়াওরগে?

মমা কন্না ঙাঙগনু। নঙনা তাহন্নিংলিবা ঐসে ননাক্তনি কল্লিসে।

খোম্বে চাক চাবসু হৌদ্রিঙেনা খুৎ হান্নদ্রা?

মমা নঙ লোইনা চারো কৈদৌরগে?

খোম্বে *(কপ্লপ)* য়ুম পানবসি ওঙ্খোল্লা নুংঙাইয়োইদৌরীদা। মখোং চাদবা

অহল অমগা লৈমীন্নদনা ঐ-

মমা  মখোং চাদবা অহল হায়সিবু ইমাখুরনে ইবুংঙো?

খোম্মে  ইমা নত্তদি। ইচিন ইনাও লোইনা তোঙান চাখ্রিসে ইমাগী নতৌদুদনে। ইমাগদি কনামত্ত লৈমিন্নবা ওম্মোয়য়ে।

মমা  নঙ নথন্তা ঙাইহাক্তং ঙাঙহৌথিদ্রা? ইমাদি হৌগৎলগেকো।

খোম্মে  অশেংবদু হায়রকঅদি তাবা ঙম্মরিরোইনে।

মমা  ওহো্রক্রা ঙমজ ঙমথক খঙদনা ঙাঙইদকো ইবুংঙো।

তোম্বী  *(ফিংলপ)* ইঙ্গাং হায়বু কদায়নো ইমা?

খোম্মে  নঙগী ইঙ্গাংলো! তু সিদা হৈদোকইসিনি।

তোম্বী  এ! পীরক্তুগা তোকউ কৈদৌবে হৈদোকইবা?

খোম্মে  কুশিনে কুশি। নঙোন্দা পীজদৌ শরুক হৈদোকইবা।

মমা  ঙাঙনরুরনু লাকওনে তোম্বী।

তোম্বী  ইমাবু চাক চারব্রো?

মমা  খোঙ্ছি চাবদা পুক থল্লে। ইমা ঙাইহাক্ত পোথানবা তৌগে।

তোম্বী  য়াবে য়ারে। ইমা পোত্থাবীরুরো। *(ঙাইহাক শবক শি)*

খোম্মে  করিনো নুমিত্তু য়েংইদি।

তোম্বী  য়েংঙিনি কৈনো?

খোম্মে  নশকতু য়েনিংদে। আ চখোকখ্রো চৎলো।

তোম্বী  তামোনা য়েংনিংদ্রগা য়েংঙক্কনু, য়েংনিংবা ঐদি অদুম য়েংনি।

খোম্মে  নঙগীদুবু করেম্মরিবা হায়দুরো?

তোম্বী  করেম্নবা নত্তেয়ে তামো। ঐনা চাবা ফংদ্রবসু অমোনা পুক থন্না চৎবদো য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। য়েংক্ন ফাওবদি য়েংজগে কৈদৌরগে?

খোম্মে  বা য়াম্না ঙাঙগনু তোম্বী। খজিক-খজিক্তং হায়বদা ভাব তান্নসি। পাল্লিবসি মুমনি। য়াম্না তৌঙম্বী চওৎলাই শারক্কনু।

তোম্বী  তামো-

খোম্মে  *(মরক থৎনা)* বা ঙাঙগনু হায়বনে। নঙগী পুন্সিদো ঐ চপ চানা খঙঙে। মখা তানা ব্যাখা তৌনিঙ্গাই কৈশু লৈত্তে।

তোম্বী  ঐদি তামোগা চপ চানা ঙাঙননিংবা বা লৈয়ে।

খোম্মৈ ও নঙনা য়ায়া ঙাঙনিংঙগা মীনা অরোইদবা লম্মাং অমদা ওইনা ঙাঙঙুরো।

তোম্বী অমোগনে ঐনা ঙাঙননিংইসে।

খোম্মৈ *(কয়া)* ঐদি ঙাঙনরোইযে? নঙনা সিদা চঙঙকইসিবু করিগীনো? চাক-কাসি অমত্তা চারোইদা ঐ। *(পুখম-তেঙ্গোং লংখায়।)*

তোম্বী অস!

খোম্মৈ মসিনা খ্বাইদগী ফয়বনি। ওফিসকা অমত্তা চৎলোই ঐ।*(থোকখি)*

রাণী *(চঙলক্লুনা)* করিনো তৌরিসিনা?

তোম্বী ঙাওরকইবা।

খোম্মৈ *(কা মনুংদগী)* ঐ ওফিস চৎলরোইহে। মঙ্গল অমত্ত ওইদৌ মাস্রে। মথোং মরম খঙদবা খরসিগা হিংবসি য়ায়া চরক-চহিংনদৌরি।

রাণী পুখম তেঙ্গোং লোইনা লংখাইরম্মীসিবু করি ঙাঙনবগীনো তোম্বী?

তোম্বী করি ঙাঙনরুনি হায়গে?

রাণী করি ঙাঙনদনি হায়গে?

তোম্বী এ! খঙঙগা কৈদৌবে হংঙিবা?

রাণী নঙবু হৌজিক্ত ঙাঙনদে হায়দাইনে?

তোম্বী ইনম্মগীসিবু য়ায়া খৎনবা পাম্বগী ব্বারো?

রাণী খৎনবকাদি ঐ শংদেহে ইবেম্মা।

তোম্বী শংদ্রগা কৈদৌবে হৌরিবা?

রাণী কদায়দনো ঐনা খৎনবা হৌই হায়সিবো?

তোম্বী য়ায়া হৌদ্রপোৎনি, খজিক খরাক্ত নত্তে য়ায়া হৌদ্রজাৎনি। ব্বা ঙাঙননিংবা য়াম লৈদ্রপোৎনি।

রাণী য়ারে তোম্বী, ঐ কোল্লিক ব্বাইরমসে অমুত্ত লেংজিনগে। কোন্না তপ্পা ঙাঙনরসি চৎলো।

তোম্বী ঐদি কদায় চৎতোইবা। মসে ইয়ুমনে। ইনম্মনা ঐবু তানবগী করি হক লৈ?

রাণী নঙগী কারোমদা চঙঙো হায়বনি। ঐনা তানবগী ব্বা নত্তেরে।

তোম্বী চঙনিংঙগা চঙনি, চঙনিংদ্রগা তোক্কনি। মসে ইপানা থনম্বা

য়ুমথয়ে। মৌল-কাদি মসিদা অধিকার শাবা য়ারোই।

রাণী অস! *(খুয়রগ)* নঙসিদি ওন্থোক্লা পঙইদকো ইবেম্মা। অঙাং মচাগা চপ হেক মায়েহে।

তোম্বী ইনম্মদি য়াম্মা শিংগ্রপোৎনি।

রাণী *(কনপ)* শিংই, ঐখোয়দি য়াম্মা শিংই। ঐখোয়দৌনা শিংঙো, নঙসে নুপীনিনেহে তোম্বী।

তোম্বী নুপীনি হায়দুনবু হেক্তা য়াপোৎ নত্তেদা ইনম্মা।

রাণী ফানসিদা অমুক্তা ফম্মুসে। অ্যান তানা রারী শাশি।

তোম্বী করিদবু অ্যান তাদোইনোদা। *(ওহাক শরক শি)*

রাণী করিগীনো নঙনা ইচম চম্না নপামদা লাক্লগা হল্লরোই হেক্ত হায়রিসিবো?

তোম্বী ইনম্মা, চেঙ মরু অমত্তসু লৈতনা ঐবু করম হায়না হিংঙু হায়রিবনো?

রাণী নখোয় তাম্মোনা য়াম্মা শাওরিসি মদুনি। সিদদি নঙ করম হায়না হিংগে হায়রিবা?

তোম্বী ঐবু কৈদৌবে তোঙান পীজদোইনো? তোঙান্না লৈয়ু হায়রবসু তামো খঙহন্দনা ইনম্মনা ঐগী চাক ইঙাংদো তুমিন্না হেক হেক থিনবীরকও। ঐনা করি উপাই লৈদোইনো?

রাণী অদুম হায়নবু কয়াম কুইনা চৎনবা য়াদোইনো তোম্বী ?

তোম্বী ইনম্মবু চাক চারব্রো?

রাণী চাব্রিদা। ঐগী চাক শরুকসি চারোসে। নঙ তামোনা কদায়দনো চখোকখিবিঙেসিদা নবুক থল্লবা প্রপ প্রপ চাওসে। *(পুখম তেক্কোৎ থক্লগী মখোল)*

তোম্বী ঈশিংদু অমুক্তা পীরকউসে। অঙাংকা তুমহৌরি হৌদোকঅরোই। নুমিদাংদি তম ঙমপোৎ নত্তে, হৌজিক খরা হেন্না চাশিনহৌরগে। *(হোবে হোবে চায়)*

রাণী তোম্বী, নঙনা তৌদৌসি ইনম্মাদি খনবদা মম্মীহে ইবেম্মা।

মমা *(ইন্নুংলোমদগী)* রাণি , রাণি।

রাণী **করি হায়রগে ইমা? *(ওাইহাক শরুক পি)* নঙ চারম্মু, ঐ ইমা অসে চাক চানবা অমুত্তা খেন্মুখিগে।**

তোম্বী **ঐসু চাহৌরি লাকও হায়ু। *(ওাইহাক তুমিন দৈ)***

রাণী **নচান্নুপা চংখোকত্রিঙ্ঙেসিদা তোম্বীসু চাহৌরো হায়দুনা পীজরম্মী। চাক খরা চাথোকউরসি লাকও ইমা ।**

মমা ইমাদি চারবোইদ্দা ইবেম্মা। ঐগী ইচানুপাগী কাইদাসিদা ঐদি য়াম্না পেন্নেরবো।

রাণী তোম্বীনা খল্লিসিসু চৎনবা যারোয়দা ইমা। সিদ সুম মা লেমজা চাদুনা লৈবদি যারকওই । হোৎনবগী হোৎনবা মপুরোইবগী য়ুমদা তাথোক তাশিন তৌনা হোৎনজবনা হেন্না ফৈদা।

মমা ইচানুপানবু খম্বুবীববদি মচনসিমা চামিন্নববু করি শুংনফম লৈগেদা ইবেম্মা। ঐগী ইচানুপাসে মবুক অমা ইচুম চুমদে। ঐনা শুম য়েংগে হায়না য়েংবনি। মানা ঐবু চিংনরিসি অঙকপনিনে। নঙোন্দসু হায়রীনিদা।

রাণী য়াম হংগ্রপোৎনিদা। *ইমানা তোম্বীদা চেং পীব্রা, তোম্বীনা থারিবা শীং অসি কদায়দৈনো, শঙ্গোম কোত্তাসি থুনা ময়েং তামল্লি, নহান্দা শুারি পৌব্রা অমা লৈরকপদাই, অসাথাউসিবু থকঅব্রা,* অদু আদা ওস্থোক্লা পান্নপ্রপোৎনি। ইমানা নোংফাদোক চাক থোংবসি চাকশঙগী থোঙ অহোবসিদা তুমিন্নকা য়েংই।

মমা তোম্বীদা করি পীখিবগে য়েংইবনিনে অদো।

খোম্মে *(মাগী কাদগী)* রাণী। রাণী।

রাণী ও তারে তারে। অস। ব্রা খোকঅরনি তৌরিসে।

খোম্মে *(শাউনা)* নঙ য়াম্না থুনা অমুত্তা লাকউ হায়বনে।

রাণী *(নশোন পীক্লা)* তোম্বী! নখোয় তামো লাকএনেহে!

তোম্বী হা!

রাণী মনীংথোঙলোমদা তুমিন্না খোকস্রো। পুক থন্দ্রিবরো?

তোম্বী থনবা থন্দবা খোকচপ্রগে ইনম্মা।

খোম্মে *(কল্লপ)* রাণি নঙবু শিরব্রনেহে।

রাণী করিনো ওহ্নোল্লা বন্না শাউহ্নদকো।

খোম্মৈ চাকশঙদা চাক চাহৌরীদু নঙনা পীজরিরা?

রাণী খরা তপ্লা ঙাঙনসিবা।

খোম্মৈ নুপী অমা ওইনা নঙগী কিরেম্মু করিনো? তোম্বীনা মপামদা হল্লকুনা লৈবসিবু নঙ য়াররো?

রাণী ইমুং মনুংগী য়াসি খরা ঈং তপ্লা খন্নসি কৈদৌরগে?

খোম্মৈ ঈং-তপ্লা খন্নবা য়ারোইনে! নুপীনা মপামদা হল্লকুনা লৈবসি চুম্মী খল্লগদি নঙসু চংখিবা তাবা।

রাণী মদুমক্তি হায়হন্নিংদ্দো।

খোম্মৈ হায়হন্নিংদবদু কৈদৌবে হায়হল্লিনো? য়ুমসি ঐদি খরা জ্ঞান তানা পান্নিংবনি। পুংচাই চাইখাযবসি হায়রো?

বাণী শাউবদু খরা ইংথবীয়ু য়াদ্রবদি অদুদা তারেদনা।

খোম্মৈ করম হায়না ইংথদোইনো অমুক্ত হায়ুনে। খোয়দৌ শাউনিংদনা চাক চাদ্রে। চাক লাম্মন্দুনা অমুক খোয়দৌ লংখৎলে। খোয়দৌ ইংনবা চাক চাবা অমুক চঙভুবদদি ঐগী খ্বায়দগী অশাওবীদুনা চাকশঙদা খিল্লগা ঐগী চাক চাথোক্লম্মে।

মমা *(অতোপ্পা কাদগী)* ঐবু ঙাইহাক্ত পোত্থানিংখ্রেদকো। নুংথিল চৈরকসিদা করিনো ইমুং মনুংসিদা ঙংনখিবসিনা ঙংনখিবসিনা ঙাইহাক্তা পোত্থাফম লৈত্তেদকো ঐ।

খোম্মৈ এহ! করিনো শ্লোক অমুক খিরকইসিনা।

বাণী চাক চাদ্রি হায়দাই, খরা চাথোকপীকরোসে। নুমিৎসি আ য়ৌগ্রে, কোল্লিক য়াইরমকা অমত্ত শেংদ্রি ঐ।

খোম্মৈ নঙগী চাকতু চারবোইহে ইবেম্মা। চাকশঙদুদুম খরা য়াই অমুক্তা তৈথোকউ। ময়োল অহুম তৈথোকউ।

মমা নুংঙাইবা য়াথল অমত্ত খনফম লৈতবা পুক্নিসিবু করি মপোকনোনে। ইমাইপেমা ইমাইপেমা শুম হায়না অমুক্ত পাঞ্জরক্তেদকো ঐবো। ইস, কল্লকইদা।

খোম্মৈ পোত্থানিংই হায়দু পোত্থাবীরো ইয়া। ঙাঙ শক্তনা অমুক লৈবীরনু।

ঙাইহাক ঙাইহাক্ত পোত্থানসিসে।

মমা নঙনা ঐঙোন্দা অমুক থৌদাংগীব্রো ?

খোম্মে পোত্থাবীরো হায়সিবু থৌদাঙ্গীদা খঙদ্রেদা ঐবো।

মমা থক-খা ওন্ননা পানবসি ইমাদি নুংঙাইখিদ্রেদা।

খোম্মে ঙসাইদগী ফত্তবা মখল শুংঙুরি ওইরিনিনে। হায়নিংঙাই করি অমুক লৈরে ?

মমা নঙ মুন্না খন্নগা খুম্মু। ইমানা হিংলিবসিবু নঙগী নথাপোন্না হিংলিবরা, নৎত্রগা ইমানা নঙবু কোল্লিব্রা ?

খোম্মে মদু কান্নবা যা নত্তেদা ইমা।

মমা অদুম্না লৈথোক নু। ইমাদি খঙনিংবা অমা য়াওনা হংলিবুনি। ঐ ঙসিদি খঙনিংঙে। ঐগী অপাম্বা মতুংইন্না নঙ হিংগে হায়বরা? নঙগী অপাম্বা মতুংইন্না ঐবু হিংঙু হায়ব্রা ? নঙনা নীংবদো শেংনা অমুক্তা হায়দোকউ।

খোম্মে ঐ ঙাইহাক্ত পোত্থাগেবা ইমা।

মমা হংলিবসি নঙ যা ওইনা তাদেনে। অহলবু ওইশিল্লকুবদি ইমুং মনুংগী অধিকার করিমত্ত লৈতে খনবগী বারা? ইমাবু জির্বিকাগীদমক নঙগী থোঙজিলদা লেপ্পরীবা ভিক্ষারি ওইনা উরবরা?

খোম্মে *(কল্লপ)* ওহোক্রা তানিংখিদ্রেদা ইমা।

মমা তানিংঙোই খঙই। ঐদি মাম্না-হংনিংনা, য়াম্না থম্মোয় শোক্রা হংলিবনি। ইমানা অনিংবা অমত্তং পাংথোকপদা নঙনা করি হায়রক্লদগে বিজ্রবনা।

খোম্মে ইমানা হায়রিসিবু করিনো?

মমা ইমানা হিংলিসিবু কনম্না হিংলিবনো নঙ খুম্মু হায়বনে। নঙনা তোলোপ পুরক্লগা ইমাবু কিরুপ কিরুপ য়েংহন্নবা। নঙনা নঙগী পীক্লবা নচাশিংবু কজেনা শেম্মঙ্গপদো ইমাবুসু উহন্নি অদুগা ঐগী কাং-খোং চাইরবা ইচাগী পুলিবুদি জাশিন-থোমজিন্নব হোৎনবদা নঙনা নোংক্লেং নোঙ্গবাদ নঙ্গে তুমহংনা চৈবী, মহীং কয়া তুমহন্দে,

পুন্নীংসে খোঞ্জেল খোঙনা কপহল্লি। মকমসিদা খোঞ্জেল খোক্না কপকম লৈতে। মচানা চৈবীরকপ্রা মমানা কিরবা! অশুক পিদোন্না হিংবগী য়াখল কাওহন্নিসিবু করিগীনো? ঐসিবু নঙগীদা শৈদাংলিবরো?

খোম্বৈ (কপ্লপ) ওহোক্না য়াম্না ভাঙব্রেদকো ইমা।

মমা ঙসিদি খরা ঙাঙবা তারে। নঙসে মীওইবগী থম্মোয় অমা ইবাং বাংলিনে। নথন্ত হিংবদৌনা খন্নিদুবু নথন্ত হিংববু নঙ তশেংনা নুংঙাইরব্রনে?

খোম্বৈ ইমানা ঙাঙথিদুগী অর্থ ঐ লোইনা খঙইনে। শুনিংদবী নচানুপী অসিনা ফমজা চানিংদনা মপামদা হল্লকঅগা ঐনা হেক্ত চাকং হল্লব্রো? নিংঙোলনা মপাম্দা হল্লঅগা লৈবসিবু অফবা খুদল্লো?

মমা বায়োং চাদ্রে খঙঙদুদি মনা মনিল নাইদনবা তুমিন্না শিনগদবা নঙনা কোয়রাও লাওরিদুবু কনা তানবনো? ফিমনদি মীমাংদা শুগনু হায়বা বা লৈবনি। নঙ মদু ভাব তাদেনে।

খোম্বৈ ও ভাব তাবা তাদবা ঐদি মাবু হন্না য়েংবা ঙম্মোয় হায়রিবসিনি।

মমা ধর্ম্ম খরা য়েংনা বা ঙাঙঙুকো নঙ। অসে নচলনি। পামদ্রে হায়দুনা মীবু লুখাক-কোমদা লংথোকখিবা য়াবা নত্তে।

মনেহল (মপান্দগী) কনা কনা লৈগে? কনামত্তবু উদেনে তৌরিসিবো।

মমা কনানো ফরক্তা লাকইসিনা?

তোম্বী (মপান্দা) হাইমা, ইনেহল।

মনে তোম্বী নৎত্ত্রনে?

তোম্বী মানে, কাথংলকও ইনেহল। সে ফকসিদা ফম্মুসে। করিনো ময়াম অমা পুরকইদুনা।

মনে সে, সি পুশিল্লুসে। নমাথোয়না কদায় চথোকখ্রবা?

তোম্বী লৈয়ে, ঐ কৌরক্তে ইনেহল। অমুক্ত শোথাওসে।

মমা (ইমুংদা) চিংথাম্বগী ইনমহল মান্নিদা।

তোম্বী (চঙলতুনা) চিংথাম্বগী ইনেহল লাকএ ইমা।

খোম্বৈ এহ! ইনেহলদি করম হায়না মৌরকপা ঙম্বীবা?

মমা *(থোরকুনা)* করম হায়না লাক্কে, খোঙনা অদুম য়ৌরকপা ঙম্লা?

মনে চৈশু অমা থাদ্রেদনা। খোঙনসুম পোত্থা-পোত্থা লাকএ। নঙবু করম হায়না পাল্লিগে? মঙদা ঊখিবসিনা ঊখিবসিনা। করিবু খোঅবনো খন্দুনা লাক্লিংমনগ্রদুনা লাকঅবনিনে। মঙদা নৎত্রদি লাকপা শঙদ্রেনে নঙ।

মমা ঐ য়াম্না নুংঙাইরীয়ে ইনমহল।

ইনে নুংঙাইহিরি হায়দু ওম্থোক্লা ঝানা হায়খ্রেদা। নুংঙাইমন্দনা ঐখোয়দা নোংমা ফাদোক লাকপগী ঝাসি লৈখিদ্রেবা নঙ।

মমা ইবেম্মা, ননেহলগী চুরূপ য়েংঙকঙউ।

মনে হীদাক ওইনা হাল্লকখউ তোম্বী। নঙবু হিদাক থক্লনে?

মমা হীদাকপুকা কায়খ্রেদা ইনমহল। অমুক লৈরুবদি হায়রুনু।

তোম্বী ঐ ইমাহৌখোয়দগী হাল্লকঅগে।

মনে নমৌদুনা কদায় চৎখ্রে ? খোম্মেবু ওফিস চৎখ্রব্রো ?

মমা চত্তে চত্তে ইনমহল, মাগী কাদা তুম্মিব্রা কৈনো। রাণিনা আ পুখ্রিদা কোল্লিক ফেঙবা চৎখিবনি। হল্লকঅনি।

মনে সে সে করি করিনো খরা য়োম্মকপনি য়েংঙুসে।

মমা করিনো ওম্থোক্লা য়াম্না পুরকইদকো।

মনে ঝা-হৈদু অশোম হনুবীগীসু খরা তম খো। নচাশিংগীশু শরুক খরা খরা লোইনা য়ৌখো।

মমা চাক ঈশিংদি ইনমহল?

মনে ঐদি ঙস্তা চারগা লাকপনিনে। নঙবু নশাদু ইশোন শোম্থনা উই, ঙম্মুদব্রনে ইবেমহল? হকচাং নুংঙাইতব্রা হায়বা?

মমা হকচাং নুংঙাতবা কৈসু লৈতেদা ইনমহল।

মনে নহান নোংমা অমুরৈদা হীদাক চার খরা পীখিবদুবু নঙবু থাব্রনে?

মমা আ পুখ্রি মপান্দা থাবনি, য়াম্না ফজনা হৌই।

মনে অমুক্তবু য়েংঙুসিনে। ঐগীদা থাবদি ইফৎ ফত্তেনে।

মমা য়েংঙুসে ইনমহল। ঐ পোৎয়োমম্লি অমুক্ত থম্মুখিগে।

তোম্বী হীদাক হাল্লকএসে ইনেহল।

মনে ইনেহললনা লাকপা নুমিত্তা নঙনা নশামদা লাকপসিদি তানবু ফনা চান্নিনে তোম্বী।

তোম্বী ঐদি ঙসি লাকপা নত্তে ইনেহল।

মনে হায়িমা কৈদৌঙে লাকইবা?

তোম্বী হাপ্তামুক ফারে।

মনে খাইনরকইরুমী নঙবো?

তোম্বী খঙদেদা ইনেহল। শুম লাকপদগী হনবা তন্দনা লৈথোকঅবা।

মনে থিঙু থিদা, করিনেগে অদুদি?

মমা ইখোল য়েংঙুসি হায়দায়নে ইনমহল।

মনে লাকওনে নঙ ঙাইহিরিনিনে। তোম্বী, নঙ ঐগা ৱারি শাগদবা লৈরিকো, চথোকস্রনু।

তোম্বী হোয় হোয় ইনেহল।

মনে নমৌ নুপীদু নংত্রা সিদা লাকইসিনা?

মমা মানি মানি ইনমহল।

রাণী ঐখোয় ইন্দোল নংত্রো?

মনে মানিনে। নঙদি ঙসাইদগী কদায় লোৎলুরবা?

রাণী কোম্লিক কেঙবগা ফিশু-ফিচাম্বগদা অদুম লৈরে ঐ। চাক ঈশিংদি? চাক-ইঞ্জাং অশেংবা লৈহৌরি।

মনে য়ুমদা চারকএদা। নখোয়গী অহাওবা মথেলদু চাবা ফংহৌদ্রেদনা।

রাণী নুমিদাং চাবা হায়বদুনি। ঙসিদি লেকথোকস্রসি।
ঙসিদা নত্তে, নুমিৎ নিনি হুমনি লৈথোকঅগে হায়দনা লাকঅবনি।

মনে

রাণী ইন্দোলনবু লৈবীরদি ঐখোয়গী অৱাবা লোইনা কোকএদনা।

মনে করি ৱারুদগেনে ইচাসিদি। লৈরম্মো লৈরম্মো, ঐখোয় ইখোল অমুক্তা য়েংঙুখিগে।

রাণী হোয় হোয় ইন্দোল।

মনে নুংশিদা। *(ঙাইহাক শরক শি)* নমৌ নুপীসিগী থম্মোয়দি কমদৌই? চংনবা অদুম ময়ারিনিদা।

মমা করিবু হায়দৌনো খণ্ডদো ইনমহল।

মনে হীদাকসি হাণ্ডইনেহে। সে, নণ্ড অমুক চিংহৌগেরা?

মমা ঐদি থকঅয়োইদা। হীদাকমনা হায়দো সিদা হৌরিসিনিসে ইনমহল।

মনে সিদি য়াম্না কৈনে। পাম্বী কয়ামুক ওইনি?

মমা খণ্ডদে। হমক্ত হমত্রামুক ওইরিদ্রা। ঈশিংবু চাইবনে, মখোংবু শোম্বনে মসিদনি ঐনা হোংনরিসে।

মনে মসিদি জোতোন য়াম্না চণ্ডইনে। নণ্ডগী ইখোলসিদি মনা মশিংবু য়াম্না করিনে।

মমা সিবু ঐগী ইখোল ওইরিব্রনে ইনমহল?

মনে করিনোনে মসিনা ঙাঙইসিবো।

মমা অহল ওইশিল্লকপসি কমদৌই ইনমহল? ওঙ্খোক্লা তোন্ত্রা?

মনে করিগী তোঙ্গরুনি হায়গে। অহল ওইরকপা হায়বসিদি মহারাণী ফমখোল ফংবনিনা। য়াথং তৌদ্রগা লোইরে। অহাওবদা চাবা ফজবদা শেংপা; ঙাঙনিংবদা ঙাঙ, চংনিংবদা চং কুশিনি কৈরেম্না। পুম্নি মপানসিদা ঙাইহাক্তং ফমসিরা?

মমা ফিসু হোংদোরক্তে তৌরিসে।

মনে ইম্মাইপেম্মা। ফজবা অনানবসিবু ঐখোয়বু কয়াম কুইনা শেং চাবা ফংখিগদগেনে? পুংঙৌ ফনেক্কা ইন্নফিগসিদি থক্ষমবু লৈত্রেনে। ঐগী উপুদুদা চনপোং নত্তে। ফমসিসে। ইচানুপীনা নিঙোল চাক্কৌবা, শজিবু চৈরাওবা খুদিংগী পুরকপগা, ইচানুপানা লৈখিবসিনা লৈখিবসিনা হাপ্তা কাংদে ইবেম্মা। নণ্ডনা ঐঙোন দগীদি নহা হায়দু থোকই। নোংমা চখোরকউনে। ঐগী অরৈবা পুম্ন মক নঙোন্দা শিন্নরমদৌরীনি।

মমা ইনমহলদগী ঐনা চহি অনী অহুম নহা ওইজৈ হায়দনি। দিহেদি ঐনা হেন্না মল্লপোংনিদা। ফজবা শেংলগা মীমাং থোক্লিংবদি হায়রুনু ইনমহল।

মনে *(চৈরম)* করিনোনেহে নণ্ডবো। নচানুপাগী তোলোপনা থা খুদিংগী

নহুরকপদা অনম অহা চু য়ত্রা নঙবো? মায়থোংদু অদুক য়ান্না লাংশিল্লিদুবু করিগীনোমী? অমুক্ত নোকউনে, অমুক্ত নোকউমী নঙবো। *(নুংঙাইতনা)* ইবেমহল।

মমা ইনমহল। ঐদি ওস্থোক্লা বানা হিংত্রেদকো। অহল ওইশিল্লকপসিদা থবায়সে ওস্থোক্লা লাক্লবীত্রে।

মনে কদায়দগী পিনো, করিগীনোমী। হৌনদেশে। *(মপি তৈথোকপী)* করিবু বাংতননো নঙনা বারিসিবো। নচানুপানা ফংলকপা তোলোপতু নঙোন্দা শিন্নদত্রা হায়বানি?

মমা মঙগুম্বা বানিদা ইনমহল।

মনে করিনেগে অদুদি? নঙগী বাশি হোয়ো নোয়ো মফম খঙদে। অমুক্ত শেংনা তম্মুসে, ঐ তাগে।

মমা সিনি হায়বা মফম খঙবা বা নত্তেদা ইনমহল।

মনে নহানবাইবুদি অমুরেনা কাংথোকঅম্মবনি। তোলোপ ফংই হায় নোংমগী লাওন-খোংনবদি লেপ্তে হায়রম্মীনে। নত্তে, অদুবু করিগীনো হায়বা। নঙগী ইমুংসি লৈকাইনা বারীনফম ওইবেনে ইবেম্মা।

মমা থম্মোয়নবু ময়াওত্রবদা ইচানি হায়দুনা কৈদৌনকদগেনে ইনমহল।

মনে হোয়নে হোয়নে।

মমা ইচানুপী অমা হল্লকইনি হায়দুনা তৌরীসিগা ঐগা হেক লৈখিবা। থোকউফমগা লৈতবনে, শু-নোম্বনগা ঙমসিল্লক্তবনে চবা হেন্দুনা হেক কংশি শিবা। অদু ফাওবা য়েংদুনা লৈবা ঙমগনি মাগী থম্মোয়সে।

মনে য়ারে য়ারে। নঙনা খিত্তং কাঙথোকপদুদা ঐদি আ য়ৌনা উরে ইবেম্মা। ঙসিদি ঐ মাগা বারী শাদবা য়াদে। হৌগংলশিদো? সে, হীদাকপুকাসে নচেহ্লগী ওইরমলে।

মমা বারীকা শাত্রীরুনুদা ইনমহল। হোরেল পি তারগা থোরক্লবনি।

মনে অহলনি কা হায়না উশিং থওইদনা ঙাঙবদি য়ারোইনা। মীনকা শা ননবা য়াবা মী নত্তে ঐ। ঙসিদি ঐ মঙোন্দা অকনবা বাহৈ খরা থাবা

তারে। ফরসু ফত্রসু নচানিনা নঙোন্দা হান্না হায়হৌরীসিনি।

মমা ঐগী ইচাবু মী ওইনবা ইনমহল্‌না ফু চৈদুনা হায়কপীবদো মমা ওইবী ঐগীদি খ্বায়দগী পেনজবনি ইনমহল।

মনে য়াদ য়ারক্তুগনা চৈ খরা চাদৌরীনি মা। ঐগী মমাংঙৈগী চোঙলম চাদবা মচিংদু নঙ নিঙশিংইদনা।

মমা অদুনি ইনমহল। থেক্কৎলিবা মঙকতু খরা চুমথোকপীরম্মু। হিংমীন্নবদা ওহোক্লা হাইগৎস্রে।

মনে তুমিন লৈরো। হীদাকপু কাদো থিন্দোকউরো।

মমা হোয় হোয় ইনমহল।

মনে *(মথন্তা)* ইস। মিৎসি চোংইদা। খরদি ঙাঙনররনিসে। মাগী কাদা করিনো ঙাঙরীসিনা। মসিদুম হান্না তাথোক্কে।

খোম্মে *(কা মনুংদা)* ইমাথোয়দো কৌশিল্লো। হনুবীদু মঁয়ুম হনবা থেঙখিনিনে।

রাণী মীনা হায়রীমক্তদা।

খোম্মে করিনো নঙনা হায়রীবো?

রাণী নোংমা নিনি লৈথোক্কনি হায়বনেমী।

খোম্মে হেরা। অদুবু চৎনবা য়াবা ব্রাসু নত্তনা।

রাণী করিনো চৎনবা য়াদবা হায়সিবো?

খোম্মে কৈদৌবে হল্লোইদোইনো? মাবু কৈদৌ লাকইনো? আ ইখোল চিথেক্তা ব্বারী শারীদো ঐগী মরমদা ওইরিদৌনি। খঙঙে ফরকনেবা। নখোয়না শিকি তাল্লুবসু নত্তবা মীরেম থাকপা ঙস্রো? ঐঙোন্দা লোইনা তারক্ক নি খঙঙেবা।

রাণী ওহোক্লা হেনজিন্ন-হেনজিন্না ঙাঙস্রেদা।

খোম্মে হেনজিনবা নত্তে ব্বাৎলিবনে ঐনা ঙাঙইসে। চুপ্পু চুমস্রো?

রাণী অতৈ লায়রি ব্বা অমা হায়গেসে।

খোম্মে নঙনা পুরকপা ব্বা অমা নাতৈ চারম্বা হৌনদে। করি ব্বানো?

রাণী ঐগী সনাসে তোম্বীনা অমুক্তা পীযু হায়।

খোম্মে কৈদৌনবনো মাদি?

রাণী লুহোংবা অমা চৎকনি হায়বনি।

খোম্বে পীরুনু পীরুনু। কায়খেঙ্গা অহৌরে হায়দৌ তৌরিনি। ইস, সনাকা হায়না! মাখু করিগী সনানো? ওছোরম ঙমশিল্লকপ্রেদা।

রাণী অদু, লৈনা লৈনা কয়ম হায়না পীরোয় হায়দোইনো?

খোম্বে *(কল্লপ)* নখোয় তামোনা য়াদে হায়য়ো।

মমা *(মপান্দা)* ইনমহল। চঙঙসি লাকও।

রাণী এহ্! অহলশিংদু লাকঅমাক্লে, তুম্নিন লৈরোসে।

খোম্বে করিগী তুম্নিন লৈবনো?

মনে *(কৌই)* তোম্বী। তোম্বী।

তোম্বী ঐ সিদা লৈয়ে ইনেহল।

মমা সিগী কাসিনা তোম্বীনা লৈরীবা। শোমগীসিনা চাকশঙনি।

মনে কাদি ওঙ্খোক্লা য়ামগ্রেনে নঙগী ঘুমসে। নঙ ঙাইহাক্ত কদায়দনো লৈরুচো ইবেমহল। ঐ তোম্বীগা ব্রাবী অমত্তং শাগে।

মমা ঐ তাবা য়াদবা?

মনে য়াদে য়াদে, ওঙ্খোক্লা লুপ্পবা ব্রারীনি।

মমা য়াদ্রগা তাদ্রেদনা। ফক লৌরলাউ তোম্বী।

মনে মোরাসিনা অদুম য়ারেদা। কুইগদবা নত্তে।

মমা অদুদি ঐ মপান্দা ক্বা খেৎলুখিগে ইনমহল।

মনে হীদাক মনাদু মচেৎ অমত্ত হাপ্পকউ।

মমা হোয় হোয়। *(ঙাইহাক তুম্নিনা লৈম্লে)*

মনে নঙবু লুহোংবা চৎকনি হায়বা?

তোম্বী ইনেহলদি কনানা হায়রগা খঙইবা?

মনে খঙফম লৈদনা খঙইনিদনা।

তোম্বী চত্তি য়াম্না চৎনিংবা। ঐগা য়াম্না লুনা চিন্নবী ইমান্নবীগীনে।

মনে ওসিদি চখোকপ্লনুদা। ইনেহলগা ব্রারি ঙাইহাক শাশি, অদুগা হোরেল্লবাই। থবক অমত্তং চৎমিন্নদবা য়াদ্রে।

তোম্বী কদায়দনো ইনেহল?

মনে কোল্লা হায়গেদা। ঐ ব্রা হংগে তোম্বী।

তোম্বী (নোককনেং) করিনোমী।

মনে নহাক্দু ছবি-শিংগৎকনুদা। নত্তে, নঙনা হুম্বকইনি হায়না তৌরিমিবু করি মরমগীনো হায়বনি? খংনবগীরা, নঙগী নুপামুনা নঙবু চংলো তানব্রা? নঙখক্তনা লৈনিংদদুনা লাকইব্রা? মরমদু অমুক্ত হায়ুনে।

তোম্বী খংনবসু নত্তে, তানকসু নত্তেদা ইনেহল।

মনে নঙনা লৈনিংব্রে হায়দুনা ফুক হৌগৎলগা লাকপগী বানিনে?

তোম্বী ইনেহল, ইমুংদু য়াম্না য়ায়দা।

মনে মদুদি নঙনা হান্না খঙহৌদব্রা?

তোম্বী খঙহৌহ। অদুবু মতমদুদদি-

মনে মতমদুদদি নঙনা মাবু য়ৌনা নুংশিবনিনা লৈত লাইরগী ব্রাখলদি খল্লুদে। নংব্রদো?

তোম্বী মদু তারেদনা ইনেহল।

মনে অশেংবনিনে হায়রীসে। মতম অমদদি নঙনা মাবু, মানসু নঙবু সংসারসিদা খ্বায়দগী নুংশিবা মীশক্লী খন্না থুংনরে। অদুনগীদি ইমুংদু খরা য়াবনিনা শেংপা চাবা ননিং থুংওক্রে। মদুদদি নুংশিবে য়াকাসি থওইনা খল্লক্রে।

তোম্বী চাকনা লাম্মকঅবদা নুংশিবে য়া হায়রে ইনেহল।

মনে মদুদনি নঙনা হোইনি মাইনি হায়রমদনা ফুক হৌগৎলগা লাকইসে।

তোম্বী অদুবু কৈদৌরগে ইনেহল?

মনে ইনেহলনা হায়রিসে চুমদব্রা নঙ শেংনা অমুক্তা খুম্মুকো।

তোম্বী করিবুনো?

মনে নঙ নপামদা লৈরকপা হাপ্তামুক ফারেদনা। হৌজিক্তি নপুরোইবদু নুংশিরকঅম্মনিনে?

তোম্বী হাইমা। ইনেহলসিদি য়াম্না খঙডিনা।

মনে বারী শাংনা শাম্নবা ইনেহলগী মতম লৈতে। নঙ কৈদৌঙে হনগে হায়বা?

তোম্বী খঙদেদা ইনেহল-।

মনে. ইনেহলনা লাকইঙেসিদা ওসি থিমথীরম্মলোকনা?

তোম্বী ঙসিমক? *(ঙাইহাক শরক সি)*

মনে নঙগী মনেম শম্বিদুসু য়াম্না ফবনিনে। ঐগা মাগসে ওম্বোল্লা মুৎশিনজ্রগোৎনি।

তোম্বী খরা লৈখিগেদা ইনেহল।

মনে *(কল্লপ)* নঙবু সিদা কয়াম নুংঙাইহরিগে? ককচেং কোকচাওবীদৌনা নচা অম্বা ননঙ্গলদা শ্রো শ্রো হেক চিংঙদনা! কৈরোয় লৈকায়সিনা নঙবু উরগা করি ঙাওনরমগনি? নমা অসিবু নঙগী খনবদা অহীং তুম্মগনি খনব্রো? ননেমদুনা করি খল্লিনি? নপুরোইবদুবু মমান্নবা মরক্ত করি ওইরমগদগে? নবুংনি হায়দনা অমা লৈমীন্নরীসিনা নঙনা নখুৎ শাংওকনি খন্দুনা লৈরে। নঙনা নপামদা হল্লকপসিনা মী কয়ানো ওৎলিবা, নঙবু অমুক্ত খঙ্গৌনে তোম্বী।

তোম্বী ঐসু খল্লিনিদা ইনেহল।

মনে পঙগনু পঙগনু। পঙগনু হায়রীসিনিকো। নঙ নথক্তনা হৌজিক য়ুম অমা-লোম্না ঙম্বা হৌনদে। চারসু চাদ্রসু নপুরোইবগা হিংমিন্নবদো স্বগনি ইবেম্মা। য়ুমবু পাল্লবদিনে নপামসে নয়ুমনি খনবা হৌনদে। নমাসু নবুং নৌপ্বাসু প্রেম সম্বন্ধ নত্তনা য়াম্না হেন্না আশা থম্মুরনু। ওইনবা হায়বসে অঙাং ওইরিঙৈগী বানি। নমিত্তু লাওনা পাঙথোকউ! পুন্সিগী মতমদি শাংদবনিনে তোম্বী।

তোম্বী ইশানা থম্বীরম্বা লৌরী য়ুমফমসে নিঙোলগী হক করিমত্তা লৈতবরনে ইনেহল?

মনে মদো য়াম্নবা য়াম্নদবগী মখা লোইনা পোনম্রে। অদুবুনে। য়ুমবু পাল্লবদি মমা মপানা মচা পোকপগী লমনদি তোম্রবনি। ইমানি হায়দুনবু কয়াম কুইনা ফিজি য়াম্নগে হায়রীবনো? খরা অমান তাউনে তোম্বী নঙবো। ইনেহলসু অমান অমুক্ত তাগেসো! নঙ কৈদৌঙে চৎকে হায়রিবনো?

তোম্বী তামোদশী লুপা চামঙামুক্তংদি পুনিংবা।

মনে শেল লৈনা লৈনা পীদ্রবদুসু ওইদুনা লৌয়দি পুন্সিসিঙগী চৎত্রেহে

ইবেন্মা নঙ। ইনেহলগীদা নোংমা লাকউ। হয়েং লাকেরা, লুপা লীশিং অমা ইনেহল শীথোক্কেসে।

তোম্বী ইনেহলসিনা ঐবু হেক চংহল্লিংঅন্দনা। করে, ঐ হয়েং চংলগে ইনেহল।

মনে শোয়দ্রেকো?

তোম্বী হৌজিকপু ঐনা ইনেহলদা মীনমখিদ্রনে?

মমা *(চঙলাকুনা)* ননেহলগী ব্বারিসি কুইনা শাইদকো। কা লৈরেসে ইনমহল।

মনে ব্বারী তাঙ্কক অমা লোইহ্রে। কদায় কাদুদি পায়শিল্লগে। হোরেল ব্বারী লোইরবা কান্দা চারগে।

তোম্বী কনাগা অমুক শাদোইনো ইনেহল।

মনে নঙ তামোগা শাদৌনিদা।

তোম্বী হং। তামোগা মায় ওনশিন্নরনু ইনেহল।

মনে নঙনা খল্লিদু ইনেহল খঙইনে। অদু মাবু অশুম হায়না শুম থন্মদ্রো?

মমা ইনমহলনা খরা চৈরম্বদুবুদি ফৈয়ে। অদুদা ঐগী ইচানুপাসিগী ব্বাঙাং শঙাংদুদা-

মনে *(মরক থংনা)* মদুদা তৌরকউ হায়রিবনিনে। মানবু ঐঙোন্দা খোল হাইগংলকঅবদি ফল তারেদনা। হৌগংলসিসে। চথোকখিবনা হান্নি।

তোম্বী ঐদি ব্বারীদু তাবা ঙমজরোইকো ইনেহল।

মনে নঙবু তাবীয়ু হায়দে। হয়েং হন্নবগী থৌরাংদুম লোইশিল্লু।

মমা ননেহলনা হায়রিবু নঙ হন্নবগী ব্বারো?

তোম্বী অং। ঐ হল্লগেদা ইমা। ইপামসিদনা হেন্না মীব্বা-মৈশা লাংখ্রে।

মনে নমা নচা ব্বারী শারম্মু। নুমিৎ তাবনা হানপ্পনি করিমত্ত নংহৌররোই ঐ। *(থোকখি)* কদায়, মৌদুনা কদায় চথোকখ্রে?

খোম্মৈ *(ইমুংদা কল্লগ)* নঙনা পাম্মীবু করিনো? হনুবী অসিনা খরা কপশিন-লাউশিন্নরগা ঐনা হেক্ক মাররদ্রো?

রাণি  পুন্নমক্তু থরা তম্না থান্নবাদি য়াইদ্রনা।

খোম্মে  ঐ ইচল নুপী অসিগা মায় ওন্নশিন্নবা তুক্কচে। মুখ মচা অমথক প্যান্নবসি চওংলাই য়াম্না হাইজিন্নকম্রেদা।

মনে  *(চংলকুনা)* খোম্মেতোন।

খোম্মে  *(কল্লপ)* করি চাগে হায়না কৌরিনো?

মনে  হাইমা।

রাণি  করিনো চিংথাম ইন্দোলদা শংগংলিদুবো?

খোম্মে  *(ইংথরপ)* ইনেহল্লো? ঐদি ইমা ওইববোয নিংভুয়ে।

মনে  হুং। ইমা ওইরসু অদুম হায়না লাউরোইদৌনি। শা ষনদা ফাওবা কন্না লাউ-খোংবা চংয়দ্রবনি। নঙদি নুংত্তিগী ইমাদা অদুম্না লাউবোইয়ে।

খোম্মে  করিনো চঙওকপগা খংনবা হৌবিসিনা?

মনে  মদুগী থাঙাংদুসু শোযনে।

রাণী  ফকশোমদা লেঙশিনবীয়ু ইন্দোল।

মনে  য়ারে য়াবে।

খোম্মে  নঙগী থবক হায়দু চখোকউবোদনা। ঐসু অশুব্রায় ফাওদং চখোকউখিগে। নুমিদাংগী চাকতু য়াম্না থোংজিল্লুনু, ইচা চানিংদে।

রাণী  ঐ চেঙ তকফমদা অমুক্ত চংলুখিগে, ফম্বীরম্মুকো ইন্দোল।

মনে  অং থেঙগ্রনি, নঙগীদু চখোকউবো। *(ঙাইহাক তুমিন লৈনে)* নঙনা কদায়দা চংকে হায়বা?

খোম্মে  মরুপ মপাং খিত্ত উম্নকগে তৌবনি। ইনেহল য়ৌরকপবু কয়াম কুইয়গে?

মনে  নঙনা নমাগা থারী শারীঙেদা ইনেহলনা কৌরকপদো ঐ য়ৌরকপদ ঙায়রী।

খোম্মে  এহ্! ঐদি থঙবু থঙদেনে।

মনে  নঙবু *ইনেহলদি করম হায়না য়ৌরকপা ঙম্মীনো* শোনখিদাইনে। অহল ওইরসু ইনেহল কল্লি। পোংয়োমসু পুরকই, পাম্বে ওইনবা চৈশু অমসু মম্নাওরকই। সি য়ৌরগা নখোয় ময়াম উম্নবগী

নুংঙাইগদবদু খল্লুবদা লমশাং লাকপগী অম্রাবনু নীংশিংলক্তেনে।

খোম্মে *(রাণীদ)* অমুক কৈদৌরে?

রাণী লুপা তাররামুক্ত পীয়ু।

খোম্মে করিগীনো?

মনে মরম লৈরমগনি হেক পীথোকখোদনা।

খোম্মে ইনেহল অমুক্তং ঙাইখোবা।

রাণি চেঙ অতকমন্নে। নহানসু লুপা অহুম ব্রাংহৌবনি।

খোম্মে অচোইবা লৈতে, ঙসিসু শোংলম্মোঃ

রাণী চেঙ অতকমনদি কনাসু শোংনদেদা। অচোইবা লৈত্রগা মপুম্বদু পীরকও, অরেম্বদো অদুম হল্লক্কে কৈদৌরগে।

খোম্মে *(কল্লপ)* অনম য়াম্লা কনগ্রেদা। লৈত্রে হায়রবদি নঙনা থোকপা তৌখো য়াদ্রা?

রাণী ঐসু লৈত্তদনা হায়রিনে।

মনে অরৈবদু পীখোদনা খোম্মেতোন। য়াম্লা ঙাওনগ্রেদকো।

খোম্মে শুংপী হেক পীরোয় ঐ।

রাণী ঐসু চেঙ তকপা চংত্রে অদুদি।

খোম্মে বদমাসসিদি *(খুবাক্রা থাই)*।

রাণী অস!

মনে খোম্মেতোন!

খোম্মে নচিনদু কনখোনে?

রাণী *(খাঙঙমদনা)* করিনো নঙনা পাম্মীসিবু?

খোম্মে শুক য়াম্লা মচিন কনবী নুপীসিবু।

মনে ঙায়খো ঙায়খো। নঙ ব্রা অমা চপচানা ঙাওনদবা য়াদ্রে খোম্মে।

খোম্মে ঐ থবক লৈ ইনেহল। ঐনা হল্লকপদা কনামত্ত লৈরমগনুকো। য়েংনিংদবনা! *(থোকখি)*

মনে মসিদি জাং অম্মনিদনা।

রাণী ইন্দোল।

মনে করিমত্ত খল্লুনুদা ইচাসিদি।

রাণী ঐদি ইন্দোলগী মমাঙদা ওহ্নোক্লা ইকায়খ্রেদা।

মনে মসি মথোঙ য়াম চাদ্দেদা। মা হল্লকপা ঙাইখিদৌনি ঐ। সে সে ইন্দোলদা লুপা কুনচংশী অমথক য়াওরী। হ্যোরেন থেঙদৌ ওইরগদি রিক্লো তোংখিগে তৌবনি। নঙগী চেঙ তকপা, হায়দু পুরোসে।

রাণী চেঙ তকপকা চৎলোইদা ঐ। শেল থোক্তবগীদমক্ত মীবু অশুক য়াম্ন া হুম্বনা য়েংবীবা হৌনদে।

মনে বারৌরুনু বারৌরুনু ইবেম্মা, মাগা মান্নবা হৌনদে।

মমা মাঙ্গোলদা ফমসিদো ইনমহল।

মনে অং মাঙ্গোলদা ফমসি। সেনে, শেলসি পায়শিল্লোনে।

রাণি থমজিনবীয়ুদা ইন্দোল। ঙসিদি ঐ পুক্লীংসি য়াম্না নুংশি। চেঙ তকপকা অমত্ত চৎলবোই। তুমদুনা লৈথোক্কে।

মনে ওম্থোপনিদা, নখোয়সিদি চপ হেক মান্নেদকো ইচাশা।

তোম্বী ইমানা মাঙ্গোলদা থোরকও হায়য়ে ইনেহল। করিনো ইনম্মা, ঙন্তানা ফমুং চঙঙদি?

মনে অমুক্ত হংজিল্লুখিনু নঙসু।

মমা *(মপান্দগী)* ইনমহল।

মনে কৌদসু সিদা চঙঙকউহে নঙসু। মথোঙ-মবমদি হেক খঙদনা।

মমা অমুক কৈদৌনবগে হাযবা?

তোম্বী ঐখোয় তামোগী মীবোল য়াওদবীদু ওইরিনিনে।

রাণী নখোয় তামোসে থম্মোয় অমনি ইবেম্মা। ঐসে নুংঙাইনা হিংবোইকা নিংঙুনু। কবিনুংগীনো হাযদু য়ৌরবনি।

মমা অমুক কৈদৌরম্মগে?

মনে এহ! নঙগী নচানুপাগী মতৌবু।

রাণী চেঙ অতকমন লুপা তরাদ পীযু হায়রুবদা খুবাক্লা থাজিনবীরম্মে। শোৎলুসু হায়, শেনুশোৎ ইনখৎকে হায়রসু শাউই।

মনে কয়াম কাঙলম চাদে।

মমা মখজাইদুদা নঙসু হন্না থাবনি কৈদৌই?

তোম্বী ঐখোয় তামোনা খল্লিসিবু করিনো? অসিবু তশেংনা ঙাওরব্রা খঙদেমী।

মনে ঙাওবা নত্তে ঐ লোইনা খঙই। নঙনা যুমসিদা নপামনি হায়দুনা হল্লকতুনা লৈবসে মাদি লৈতাফম খঙদবমখে শাউরিবনি। অদুগা ঐনা ঙসি মাগী কাদা ব্রারী শাবা চঙঙুবসে মা য়াম্না শাউই। ঐঙোন্দা তাইনবা ঙমদদনা ইচাসিদা তাইনশল্লম্বগী ব্রানি। ঐ মাগী মওংসে লোইনা খঙইসে। ঙসি মা হল্লকখিসনু।

রাণী মানা ঙাঙই শকইবা ময়ামদো ঐনা তমথোক্লীংদ তৌবনি।

মনে মদু তমথোকপা হৌনদে নঙসু। নঙগী তুমদৌদো অদুম তুম্মো। ঐ মা হল্লকপা ঙাইখিনি। তোম্বী, নঙ শুব্রায়দা কুইনা লৈনু। অমদু কোক হেক হল্লক্কনি। থবক লৈপোৎ নত্তে থোকখ্রিদো।

তোম্বী লৈজরোই লৈজরোই। ইমাদি শুম লৈদোইরা?

মমা করি লৈতনি?

তোম্বী অদুদি ঐসু ব্রারী তানি।

মনে আ ফক্লাং ব্রাংমদা তুমিন্না তাও। ঐগা ব্রারী শারীঙৈদা চীনফেন ফবী শাদনা কনাসু খুম্বীরক্কনু। য়াম্না ভাব তানা শাদৌরীপোৎনি।

তোম্বী হায়রিঙৈদা থোঙ্গাল্লোমদা চঙঙকএ তু! ঐদি থোকচপ্রগে।

মমা ঐ ক্বা খেৎলক্কে, ক্বা অমুক চাসি ইনমহল।

মনে থোকখ্রো থোকখ্রো, কিমন লাকমনখ্রে নখোয়। ক্বাগী মহুৎতা চাদুম লোল্লকউনে। চা অহাওবা অমত্তা থকসি।

মমা লোল্লক্কে লোল্লক্কে ইনমহল। *(থোকখি)*

মনে রাণি। তুমদা তুম্মব্রনে নঙবো? ফরে ফরে। তুম্মে ফরে, তুমদ্রে তুমশিন্নরো। করিমত্ত খুম্মক্কনুকো। *(ঙাইহাক শরক শি)*

খোম্মে *(চঙলক্কুনা)* অং ঙত্তানা ফমুং চংঙরিনিনে। ব্রা খিত্তং ঙাঙন য়াপোৎ নত্তে, থোকপ অমা হেক্তা তৌবা।

মনে *(তপ্পা)* চুম্নদা ব্রাগী ব্রা ঙাঙনরদি ফদৌবা। নঙসু খুৎ হেক য়াওরুইদো।

খোম্মে কৈশু লৈতবা ব্রাদুদা চবেং চবেং শুম ঙাঙবা। ঐদি হৈনখ্রিদ্রবা।

মনে চেংঙ অতকমন পুদনা চেংঙ তকপা চংপা হায়সিদি কৈশু লৈতবা ব্রা

মক্তেনা। চেঙ তককমদা নুপী য়াম্না লৈব্রগোংনি। অয়াম্বসু নঙবা লুপা তরুক তরেৎতু শোংকে হায়রবদি ময়াম্না য়েংনরকপসি ঙায়দনা।

খোম্মে ইনেহল মঙায়রেনে খঙইসে?

মনে নঙসু খঙবোইরে। ঐদি নঙ খঙদবোই নিংই।

খোম্মে *(কল্লপ)* ঐসু মীনে ইনেহল। ইনেহলনা ঙাঙবীরিদুবু করিনো?

মনে *(হক্লপ)* হোয়নে ইচাশা, মী খবা ওইসিনে। মী ওইমন্দদনা ঐখোয়সি ব্বারবনিকো।

খোম্মে মদুদি করিসু তাক্লিংঙাই ওইদেদা।

ইনে তাক্লিংঙাই ওইব্রগা ফম্নবা শিল্লোদনা।

খোম্মে করি ফৎত্রগে ইনেহল?

ইনে নঙগী য়ুম্বালসিবু ফৈ হায়না খল্লিব্রনে?

খোম্মে ঐগী য়ুম্বাল কৈদৌববা?

ইনে নঙগী য়ুম্বালদি য়াম্না মওং কাযবেনা।

খোম্মে মদু ইনেহলনা হাযফম থোক্তেদা।

ইনে অদুদি কবিগী নঙনা ঐঙোন্দা *ইনেহল* কৌবীবা?

খোম্মে মদুদি মীঙৌগী ব্বানিদনা।

ইনে মীঙৌগী ব্বা! থকশি খাশি ব্যবহারগী ব্বাদি নত্তবা?

খোম্মে ইনেহলনা পাম্মীবশি কবিনো?

ইনে *(কনখৎলকই)* ইনেহলনা পাম্মীবসি নঙনা মী ওইরকপদুনি।

খোম্মে ঐসে মী নৎত্রে সিনিনে?

ইনে মদুদি ঙাঙথোবকপা ব্বাতাদুদগী অদুম খঙঙেনা। নঙগী য়ুম্বালসিনসু ইকোং ফোংনা তাকই।

খোম্মে ইনেহলগী ইনা কুপ্পা য়ুমদুনা কয়াম হেন্না ফরদনা?

ইনে ইনেহলগী ইনা কুপ্পা য়ুমদুদা ইনেহলদি ওঙ্খোক্লা পুক্নীং নুংঙাইনা হিংঙিদা ইবুংঙো। নঙগী চেক্নী য়ুমসিদা অহল ওইরবী নমাসে বমগী লৈবাক নোয়োক্তা লৈবগী চপ হেক মান্নে? নঙনা কোল্লিবা নমাগী মিৎতগী পিবু নঙগী ইমুংদা তাহনবসিদি ঈশ্বরনা

ঊরমগনিকো ইবুংঙো। ইনেহলদি ওম্বোক্লা নুংঙাইহিন্দ্রিলেদা।

খোম্মে ঐবু ইমাগী করি হাংহনগে?

ইনে চাক থন্না পীজরি হায়দুরো?

খোম্মে ঐবু করি তৌ হায়বনো ইনেহল?

ইনে অদুম্না ঙসাইনা হংবদি কৈদৌই? ঐনা নঙোন্দগী ঙায়রিবসি হাহং অদুনি। ইনেহল খুমগে, নঙ পূক্নীং চঙনা তাও খোম্মেঙোন। য়ানিংদবা লৈরবসু অদুম হায়রকউ, কৈগু কায়দে থন্নসি হায়বনি।

খোম্মে ইনেহলনা হায়দৌদুদা করিনো হায়রোনে।

ইনে অহানবদা ইনেহলনা হায়নিংবদি ঃ অহল ওইরবী নমাগী অশেংবা মকম অমা নঙগী ইমুংসিদা চাউনা থম্বীগদবনি। নঙনা নমাগী মখাদা হিংগদবনি। নঙদি নমাসি নঙগী নখা পোল্লা হিংহল্লীনে। অহল ওইরকপা হায়বসিদি পুন্সিগী অশেংবা ফিদম অমা খঙনিংঙকপা মতমনি। নঙগী কাইদা অদুদদি অনিংবা অমত্তং নিংতম্না পাঙথোকচবা ঙমহন্রে। মসিদদি কনানসু লৈতাফম খঙলোই।

খোম্মে মদুদি ইমাগীসু অশোয়বা য়াম্না লৈকো ইনেহল।

মনে নঙগী *পেন্দবদুসু* হায়য়ু তাসিনে।

খোম্মে ঐদি ইমাগী করিমত্ত হাংহন্দে। ইমানা হাখল নুংঙাইতনা হিংলিবসিদি মচা নিঙোলগী হাখন্দনি। ঐগী ইচনসিগী হাখলবু খল্লিমখৈদি ইমাদি নুংঙাইনা হিংলরোই, ঐ খঙলবনি।

মনে খরা হেন্না ফীবম শোকপা মচাগী খনবা হায়বসিবু মমাগী অশোয়বনি অসিরা?

খোম্মে ইনেহলগীদু অমরোমদা চংলেদা।

মনে নঙনা চংহন্নিংবা ওইরিনিদা।

খোম্মে ঐনা হায়বদি-

মনে *(মরক থংনা)* নঙগীদু ঐ খঙঙেনে। ঐনা হায়রীসিসু-

খোম্মে *(মরক থংনা)* করিনো ইনেহলনা হায়দৌদু লোইনা হায়রোসে।

মনে নঙসু নচা কংঙবনি, থম্বৌ খোম্মেঙোন। নচানা চাবা কংদ্রগা নঙবু নবুক থন্না কয়াম কুইনা চান্না ঙমগদগে? চারগে থাজংপা চথোম

খুদিংগী চাবা ফংজন্রবা মচাবু শং শং উরফগনি। নওগী নচনসে নমাগীদি নপুকথোক্কী মচানিনে। মচা অমনা ম্রাম্রা, অতোপ্পা মচা অমনা নুংঙাইবা। অনি অসিগী মরক্ত কনা উহ্নদনা শিদ্বা মমা মপাগী পিরাংদি কংবা নত্তে ইবুংঙো।

খোম্মে ইনেহল।

মনে নও! অহল ওইবরী নমাগী খন্দবা ওন্নবসু নচাশিংবু নুংশিবদি খওলক্রেদনা। মমাংঙেদা ম্রারি অমা তাখি। মচাগী ম্রাবদা মমা অমা নুং ওনখি। নুং ওল্লফাওবা পি শিদ্বদি লেপখিদে। নওনা নমা ওইরুদবনিনা খওদবনি। নওনা মবুং অমা ওইনা নাথৈবা ওম্মবসু নওগী ইমাদি ম্রায়োং চাদ্রবী নচলগীসু শকক য়াওবিনে খোম্মেতোন।

খোম্মে পূম্নমকসি তাশিন খোমজিন্নগা ইথক্তা নম্বদি ঐসু ওমদে ইনেহল। ইনেহলনা পান্নিবসিদি ঐগী পুন্সিসে অসুম অসুম লুপথখিবনি। ম্রাইদ্রু ফজরবসু মদুনা পীরিবা ফলদুদি অফবা কবিসু ওইবোই। ঐ খওভি ইনেহল ।

মনে নচলবু পুন্সি চুপ্পা নওবু য়োকউ হায়দেনে ইনেহলসু। নমাবু খবা কোম্না হিংহন্নু হায়বনি। ইনেহলনা অসুক নুংঙাইনা হিংলিবসে ঐগী ইচানুপা অদুগী মপান্ননি।

খোম্মে মাবু তোলোপ কয়াম ফংঙগেনে ?

ইনে ইচানুপাদো নওগুম্বা ওফিসার নত্তেদা। ইচম চম্বা কেরাণি অমনি। অদুবু তোলোপ ফংগদবা নুমিৎ খুদিংগী ঐবু পুরগা হকথেংননা লৌহল্লী। মাগী চৎনগদবা খুদিংমক মরম চানা ঐবু খওহল্লগা ঐঙোন্দগী নিরগা লৌইনে। মানা ফংজবা তোলোপ্তো মমা ঐগী লন্নি হায়না খল্লি। ঐনা অপাম্বা মতুং ইন্না শিল্লহল্লি। নওবু করিগুম্বা কান্দা নম্না অসিব্নু নওগী তোলোপ লৌবা চংশদা পুবিব্রনে ?

খোম্মে খনবু খল্লুদ্দো ইনেহল।

মনে পুবীবসু নত্তে, পুরকপগসু শিন্নবীদে নথক্রা?

খোম্মে অদুবু করি দরকারনো ইনেহল?

মনে বাহং অদুনা তাকপানি নঙোন্দা নমাঙী দরকায় লৈত্রে সিনিনে। মতোং মখে চুপথোকপা লোইরগা মকুথঙা ঙায়রবা কান্দা লুথাকোমদা লংথোকপা হায়বসিদি পুন্সিদা পান্সিনবা হৌনদে খোম্মৈ।

খোম্মৈ ঐগীসু অমাবা য়াম্না লৈদা ইনেহল।

মনে লৈরমগনি। নঙগী অবাবা ময়ামদো ইনেহল তানিংদ্রে। নঙগী নশাদা হিংবগী ইজ্জৎ, পুন্সিগী ফজবা হায়বদো মচেং অমত্তা য়াওদ্রে। নঙসু নোংমদি শিগদবনি হায়বসে নঙ খন্দে। নমাসে মারকপনিকো! নমানা হয়েং লৈথিদ্রবা মতমদা নঙ য়াম্না নিংঙম্মত্তবা লাক্কনি। মদুসু খঙদে, নঙোন্দদি লাক্তবা য়াই। মী ওইনা পোক্লগা মীওইববু নুংশিবা ঙমদবা নঙনা হিংবগী ইজ্জৎপু করিনো? নঙগবু কনানা নুংঙাইনা হিংবা ঙম্মুনি?

খোম্মৈ মদু হায়রুবগী থোইদোক্তেদা।

মনে থকশি খাশি ব্যবহারসু মচেং অমত্তা য়াওদে? মীগা লোয়নবদা য়াম্ন ফজনা ঙাঙবা তম্মু। পুন্সি হায়বসে তেনগ্রবা মতমনি। মসিগী মনুংদা অচৌবা থৌদোক্তি মঙা তরাগী মাতনি। অদুনা পুন্সিগী অশেংবা ফজবদি মীয়াম লোয়নবদা ঙাঙথোক শকতোক্লকপ মাঙাং শঙাংদ্রা উৎপনি। মসি খঙদবা কুইরেনে নঙনা হিংঙকইসে।

মমা *(চঙলকুনা)* ইনমহল, চা থকশিদো, বারী লোইদ্রিবরা?

মনে ভাব অদবা মীদা বাহে লীশিংগীসু চন্নকম লৈরোই ইবেম্মা।

মমা রাণী, হৌগৎলো নুমিৎ তাশিল্লক্লে। ইনমহল মারম্মনি। চাক খরা ঙন্নবা তৌসিসে।

মনে ঐ চাক চারোই, নঙনা পুশিল্লক্লিবা চাসিসু থক্লোই। থেঙলবসু থেঙনা ঐদি হন্দবা য়াদে। তোম্বী, তোম্বী কদায় চৎগ্রে?

মমা ঙসিদি পোথাখিবনা নুংঙাইরনিদা ইনমহল।

তোম্বী ইনেহলবু হনগনি হায়রিরো?

মনে ঐ লায়রি, নঙ হয়েংমক হনবা হায়বদু শোয়রনুকো। নিঙোম্না মশামদা লৈবা হায়বসিদি ভারাদা লৈবগা চপ মান্নবনিনে ইবেম্মা।

ভেম্বী ঐ কাওয়েরে ইনেহল। শোয়কনা হনগনিয়ে।

মনে অপুনি। ঐসু অমুক হয়বা তৌরগে, কয়াম থেক্তরগেনে?

ভেম্বী কন্নায়দগীনো ইনেহল, নুমিৎ তাশিন্নক্রে।

রাণী ইন্দোলবু নুমিৎ নীনি হুম্নি লৈথোক্কনি হায়বীথিদাইহক্নে?

মনে ঐদি নঙ ঙসায়দগী তুম্নিবোইহ্‌ নিংই, তুমদবা ওইহ্রে।

রাণী তুমদেদা ইন্দোল।

মনে মুম পানবসে নুপীনা মনগারী চিংলিবা মন ওইহ্রগা নুপানা শাজে পায়রগা মনগারী থৌবসে য়াক্লরনু ইবেম্মা। মখোয়সু গাড়ীদগী কুমথরকুনা নুপা নুপী পুম্না চিংমিন্নবগী মতম ওইহ্রবনি। মতম অদুতদা ঐখোয়গী সমাজসে মাঙলোমদা পুখৎপা ঙমগদবনি।

মমা নখোয় ননেহলনা ঙাঙবা তাদুনা লৈরে। চাক থোঙ্গৎনবা তৌরুরোনে।

রাণী ঐ চাকথুম চঙঙগে ইমা।

মনে ঐনা পুরকপা খাউদু পুরকউ ভেম্বী।

মমা ঙসিদি হনবা শুকয়া য়ারোইহ্কো ইনমহল।

খোম্মে ঙসিদি পোত্থাবিবনা নুংঙাইহ্রনিদা ইনেহল।

মনে ইনেহলদি সিদা পোত্থাবা হৈরোইহ্। নঙগী মুমসে ঐগী পোত্থাফম ওইহ্রি। নমাসে খরা পোত্থাহল্লু। হকচাংসু য়াখলসু। খরা পোত্থাহনবা মতম ওইহ্রেনে। নহাক্না ঙসিগী থাক্তু য়ৌনবা হোৎনরকপদা দিহেসে মতম চাদনা মন্থরবনি। মমানা মচাগী মীনায় ওইনা কুইনা লেক্লকই। আপা অমগী মগাল তাংনা হিংজরকপনি। আশাদুনা পুন্সিগী থৌদোক ওইহ্রবা মতমশিদা কমরিগী নমাগী পি কংহ্নদবগে। নমাসিবু কয়াম কুইনা হিংথিগদগেনে খোম্মে? তারমদাইগী স্নুকপা! তারমদাইগী স্নুকপসে য়েংবগী শেনবা নাইদবনি। মীত্তু অমুক্তদি পাঙথোক্তুনা য়েংঙুঃ নমাসে অমুক্তা য়েংঙুনে- নমাগী হকচাংসে য়েংঙুনেসে।

খোম্মে *(খোত্থাম্মনা)* ইনেহল।

মনে ঐ অমুক য়ৌথিনবা তৌগে। মা খরা মকম মরাই খওনা ঙাঙত্রে।

ঙাঙনিংবদুদি যৌথিং। অদুবু ইশা ইথত্তা লাকপিঙরগে।

খোম্মৈ ঐবু খরা হেন্না চৈথীরমখো ইনেহল। ঙসিদি হনবিন্নগনু।

মনে মদো ইনেহলসু খল্লম্মী। অদুবু নঙগী বাহে অমদি ইনেহল পুন্সিদা কাউবা.ঙমগদবা মান্দ্রে। ঙাইহাক পঙ্গুরিবসে কুইমন্নবনি। ইনেহল অমুক যৌরগেকো ইবুংঙো। ইনেহল লাক্লম্মী হায়দুনা নঙ বাদৌনু।

খোম্মৈ ইনেহল!

মমা ঙসিদদি লৈবিখো কৈদৌগে ইনমহল।

তোম্বী ঐসু হয়েং হল্লদৌনি। ঙসিদংদি পুন্না হরাও হরাও লেনমিন্নসিবা ইনেহল। নুমিৎসু তাশিল্লক্কে। চাক চরা অমত্তংদি চামিন্নখিসি।

মনে ঙসিসে একাদশিনি। ঐদি ব্রত্ত কৎলি। নুমিৎ অপ্পবসু থাবল কৈদনা। কদায় চৈগুদি? কদায় ঐগী থাউদুনা ?

তোম্বী সিবু, করিমত্তসু হাপ্তনা! হনগ্রনুবা ইনেহল।

মনে ঐনা লৈজবা খরা পুরগা লাকপদো ঐগী অপাম্বনিনে। ঐ সিদগী পুগে হায়দুনা লাকপা নত্তে। ইনেহল অমুক চৎলগেকো খোম্মৈ।

খোম্মৈ ঐবু করি খুন্মু হায়রীবনো ইনেহল। অদুবু ঐগী মিত্তা তারক্লিবা পি অসিদি ইনেহলসু উবীরমগনি। ঙসিদংদি লৈথোকপ্লসিবা ইনেহল!

মনে ঙসিদা নত্তে, কুইনা লৈথোক্কে খন্না লাকপনি। অদুবু হৌজিক্তি ইনেহল হন্দবা য়াদ্রে। অদুগা নঙনা খঙগদবদি ঙসি ইনেহলনা নঙগীসিদা লাকপসে অরোইবা ওইনা লাকপনি। ঐগী পুন্সিদা মফমসিদা অমুক হল্লা লাকপা ঙমগদবা মান্দ্রে। নঙসু নোংমা ফাদোক্তি ইনেহলগীদা লাকউদনা। মরক মরক্তা নখোয়বু কন্না নীংশিংলকইনে ইচাশা। ঐখোয়গী মতমসে শাংদ্রবনিনে।

খোম্মৈ ইনেহল!

তোম্বী ইনেহল। *(কপ্লি)* ইনেহল, নঙনা ঙাঙলিদুবু করিনো ইনেহল ?

মনে কপকনু, তোম্বী! ইনেহল অমুক চৎলে। নঙসু নোংমা ইনেহলগী নাক্তা লাকপা হায়দো কাউনু। ননম্মগা লাকমিন্নৌ। অষ্টি নুমিত্তদি নত্তেকো। ইনেহলনা হিংলিঙৈ উন্নবা নঙনবা লাক্কদবনি।

মমা ইনমহল!

| | |
|---|---|
| মনে | কদায়? তুং হয়া অমুক্তদি য়েংলমগেনে নওবো! ইবেমহল- |
| মমা | ইনমহল! |
| মনে | লৈহৌরোকো। খওদেনে, নওসু ঐগীদা লাকপা ওমখিগদ্রা? থাজদ্রেবো! |
| মমা | থাজদ্রেদা ইনমহল। |
| মনে | ঐবু অমুক্ত মুম্না য়েংহৌনে নওসু! ইহে, চোইর শন্নাংদু খোমগংলুদা! |
| মমা | ইনমহল! |
| মনে | লৈহৌবো লৈহৌবো, ঐ চংলে। *(থোকখি)* |
| তোম্বী | অস! |
| রাণী | ইন্দোল! |
| খোম্মে | ইনেহল! |

অরোয়বা যন্ত্র সঙ্গীত



লোইরবা

ইমা, নঙনা ইপ্পানুপাগী মপান চাবা ফংলিবসিগুম ঐদি ইচানুপাগী মপান চাবা ঙমগদবা মানশিল্লক্তরে ...

স্বর্গ অসি কীন্থুরক্লবসু ঐনা নঙবু ইপ্পা অমনি খঙনা নুংশিজবগী লন অসিমদি মাঙহনবা পামদে। অদুনা সে! নঙগী মশীং লাকঙমত্ৰবা লুপা ময়ামসে পুখো ...

ফজশ্রেদা! অদুবু নঙনা ঙসি পুরকলিবা ফিরোললশিংসে ইচেগীদমক্তি খরদং থেঙমনপ্লে ... ইচেদি মসি শেংপা নংলরোই, ইচেগী মতম লৈত্ত্রেনে ইবুংঙো ...

— *ইচে*

নীঙোলনা মপামদা লৈবা হায়বসিদি ভারাদা লৈবগা চপ মান্নবনিনে ইবেম্মা ...

মমানা মচাগী মীনাই ওইনা কুইনা লেল্লকই। আশা অমগী মপাল তাংনা হিংজরকপনি। আশাদুনা পুন্সিগী থৌদোক ওইরবা মতমদা করিগী পি কংহন্দবগে ... তারমদাইগী স্বরুপ্পসে! স্বরুপ্পসে য়েংবগী পেনবা নাইদবনি ....

— *তারমদাইগী স্বরুপ্প*

মখুম আর পি জি গী *দপেইন্ট* দগী

---

অইবগী ফোঙপ্রবা লাইরিকশিং

- *আশা তৌরী অনৌবা পৃথিবী* (শৈরেং, ১৯৭৯)
- *উনাগী খাংপোক* (শৈরেং, ১৯৮১)
- *ঐগী অহানবা নুংশিবা* (ৱারীমচা, ১৯৮৩)
- *ঐ ৱারে* (ৱারীমচা, ১৯৮৪)
- *পুন্সিনা পুন্সিগীদমক* (ড্রামা, ১৯৯৮)
- *হেথম্মোয়* (ড্রামা, ১৯৯৯)
- *থম্মোয়গী লৈকারত্তা* (২০০০)